# ꯁꯥꯃꯨ ꯅꯪ ꯍꯧꯒꯠꯂꯨ

# শামু নঙ্ হৌগৎলু

থোকচোম থোইবা সিংহ

[illegible]

# শামু নঙ হৌগংলু

Samu Nang Hougatlu
A collection of Manipuri Poems Written & Published by
Th. Thoiba Singh
Samushang Uku, Uripok, Lamboikhongnangkhong




Year of Publication : 2012

Number of Copies . 1000

Price Rs 80/-



Type setting Kh Sunder Singh
Uripok Naoremthong
Takhellambam Leikai, Imphal

Printed at Ching-Tam Press
Uripok Naoremthong
Takhellambam Leikai, Imphal

# ৱাহৌদোক্

শৈরেং ইবা ঐঙোন্দদি ঈচেল হঙ্গৎনা ইরোইবনি। অদুদি করিগী শৈরেং ইরি। ইনাও ইবুংঙো হেমচন্দ্রগী চীঙ্-তম প্রেসতা লাইরিক নম্বা য়াওদুনা লৈবনি। তিন্না-তিন্নরুবা হায়দুনি, লাইরিক্তা লোয়নদুনা লৈবদগী জয়-কৃষ্ণ হায়দনা শৈরেংদা খুৎ-থাবনি। হৌজিক্কী মণিপুরী শৈরেংগী মচৎ করিনো ঐহাক খঙ্জদে। তাবদা পাবদা নুংঙাইবা, অর্থদগী খরা হেন্না পিবা হায়বসিদা য়ুমফম ওইরগা মাদুনা ইজবনি। লাইরিক ওইনা ফোংদোকপা ঙমজরিবসিমক ইবুংঙো হেমচন্দ্রগী মতেংদগীনি। শিংঙম্লরোইদবা লমন তোনশিল্লবনি। "করিগুম্বা খরা হায়য়ু, করিগুম্বা খরদি ইয়ু" হায়না তোয়না পুক্লিং থৌগৎপিখিবা ওজা-গুরু, মরুপ-মপাংশিংবু পাংদ্রবনা খক কাওজদে। পুন্সিগী কাওজরোই। শৈরেং খরদি ইরৈবাক পাউচেগী নোংমাইজিংগী সাহিত্যগী লমায়দা ফোংবীখ্রে। তারিখকা কোন্ননা হাপচরি। লাইরিক ওইনা অমুক ফোংদোকপদা অয়াবা পীবিবগী ইরৈবাক পাউচেগী এদিতরবু তৌবিমল খংবা উচ্চরি।

অইবা

থোকচোম থোইবা সিংহ

শামুশঙ উকু, উবিপোক

লম্ফেলইখোংনাংখোং

১১ মার্চ ২০১২ ইং

# য়াওকয় তাকপা

## কে য়োই

?ঁ হয়া হে হে
পলেম পীমিং মাংলববু
খুয়োই লৈমা থানা
পলেম পী শকপা
পন্থৌ পামিং মাংলববু
লোইয়ম ব্লাংঙম লৈনা থানা
পন্থৌ পা শকপা
লৈরক খোংলেন মরিল তৎলববু
লৈরক চেন্না- তান্না খোংখঙবা
লময়াই পুঙ্মিং মাংলববু
লময়াই চেন্না তান্না পুঙ্খঙ্বা
চীঙয়া থেনমিং মাংলববু
চীঙয়া চেন্না-তান্না থেনখঙবা *
লাইওইরবা ব্লাকমাশিংগী খুয়াখাদা চংজরি
নপাওমেন্ থুমথোইবা, নয়াথং মাংদববু
ইকোক্থক্তা থমজদুনা, ইথানুংদা কোঞ্জদু
ফক্লাং লোঞ্জানুংদা মদোম ব্লারীবা
তোল্লবনা, নচৎপু নতৌবু
ব্লায়না তাংনা ইজবনি,
থৌজাল লনকুবীয়ু।

* নুমীৎকী তেংথা

# অকিবা মঙ্

হৌজিক, অমুক মিপাইনিংঙাই লৈত্রে
অকিবা মঙ্দুগী
হন্দক্তি লিন্না চীকখ্রে
হুগী চৈনা খাংলি
অদুনবু শিন্থখ্রিবান
অঙাংবা ঈখেং
কুইনদগী, অমুবা- ঈনা কৌদিবা।

করম্নো, কবম্নো
লৌরি য়িমফম কানি
লৈপাক লাইশঙ কুংনি
শেৎনা খাইনা কুইনি।

কিখিবা মঙ্দো,
তিং শোক্লবা মীয়ামগী
হৌনরুবা য়াওদবা ঈহৌনি
লমমৈগুম শন্দোকখি
মিৎনা কুপ্লদা মায়গৈ থুংনা
কৈনোদা, কনাগী নুপী-অঙাং
হনু-হনা খাক্তা
অশোন-অনা থিদা
লেপ-পৌ থুম্লবা
মীয়ামগী ঈচাওনি
কেক্রুপাল নমখাইখ্রবা।

মংগুম্বগী পুং-শেন্না নিনখি
পোৎলোইবগী মৈখু- মৈরিনা মমখি
থম্মোয়সু নোংদোনসু তুনা
মালেম্মা মিপাইনা য়েংনখি
মৈরি থোক্লা চাক্লবা মণিপুর।

করম্নো, করম্নো
লৌরি য়িমফম কানি
লৈপাক লাইশঙ কুংনি
শেৎন- খাইনা কুইনি
তৌইগুম শাগে মশা থাহৈদে।
অদুনবু, শোক্লবা শাগুম চৈনা খাংদুম খাং
তুক্কচবগী মৈদু খাচিক্কুম চিক্লা
পিরেল খক্‌মাতা মুৎতুম মুৎখি।

হৌজিক, অমুক মিপাইনিংঙাই লৈত্রে
অকিবা মঙদুগী
তুরেল মোংবা য়িগুম তৎনদা
মীরোল অমগা মীরোল অমগা
চেৎলবা য়িমফমদা লেপলিবা
যোইবু য়োইহেন্‌বা পোইরৈ মীরোলসিনা
থৌরি, লৈমাইসিগী মচাশিংদা
সনাগী মীরোল অমগী।

জুন ১৮, ২০০৫ ইরৈবাক

# নহারোলগী তুং

হোৎনবা কনবা থব্রায় য়াওবা
নিংথিনা তল্লবা মহৈরোয়শিং
মকোক মথং তাবা মীথোই মীহেনবশিং
পুম্নমক্কা শিংথানৈ কলক্নৈ
লংলবা পুন্সি অমনা মখোয়বু ঙাইহরি
জাতীগী তুংগী যুম্বীরেলনি।

পুক্লিং হকচাং তশেং-তশেংবা
শান্নপুংদা মমান্নবা লম্বা পারিবা
চোকথবা নাইদবা, থৌনা লৈবা শান্নরোইশিং
জাতীগী লননি, মীয়াম হুপ্পা নুংশি থাগৎনৈ।

লানফমদা মাংজিন থাবা
অশি-অচংগী ব্রাংমদা শোক্করিবা
খংবিদ্রবা লাম্মীশিংগী মংফম লৈরোনথক্তা,
নিংতম্বনা মতোন চোংই;
মখোয়গী থৌনাদুনি
মতম লৈতনা কৌরিবা
মীখা পোনবা জাতী অমগী।।

জুলাই ৩, ২০০৫ ইরেবাক

৫

# মীয়াম লৈঙাক

লঈমা মচা কয়ামা
মশিং থিঙমদা খাঙহুথক্তা লুপখি
তোরে ঈরৈদ মতমগী;
লেমহৌবা খরদুনা
কুম অমগী মশক লেপ্লি
যুগ অমগী মশক লেপ্লি
চঙ্ থোকপা মীওই খরতনা
অদুগা ওইরকই
ইতিহাসকী পন্দুপ অমা।
মীয়ামদি মীয়ামনি চপ্ মান্নে
মফম খুদিং মতম্ খুদিং।

অনৌবা যুগ অসিগী
অহানবা মীরোলনা
লেঙ্-লেঙ্ চৎ হৌরকই
অয়ুক নুংথিল নুমিদাংবাই
নুমিৎ চুপ্পমা
অদুগা
নুমিদাংদসু নোংঙাল্লমদাই য়ৌনা
অহিং চুপ্পমা
মমঙ্-মহা ওই
মুরুম-মরুম শোন হৌরকই।

কিথি কিরুম শুশা-শুশা
চিরোন তৌনরম্বদগী

সুম- সুম নিনখৎলকই
হৌ'-হেনগৎলকই, খোঞ্জেন্দু
য়াক্লবা খোল্লাও ওইরকই।
অদুদগী শিনি-নানি খঙ্দনা
কল্থি থোক্লা হৌনা-হৌনা লাওরকই।

নিংতম্বা মীখা পোনবা
খজিক্তবু নিংশিংলুদে কনামত্তনা;
ঈ মরিক অমত্তা তাদনা মীয়াম্না
পামজনা পুরকখি মীয়াম লৈঙাক।

ঙসিদি, মীয়াম্না পামজনা পুরকখিবা
মীয়াম লৈঙাক্তা
মীয়ামগী এসেমব্লি হোল
মৈ থাই মীয়াম্না
ঙমখৈ কনবগী ঈহৌদা।

তঙাইফদ লৈবাক্কী ঈহৌ খুদিংগী
অঙাংবা ঈখেং শিন্থুরি
লৈমায়সিগী নহাগী লোন্না
খঙ্বিদ্রবা নারক মোংশোংদসু
অমুবা ঈনা কংশিল্লি।

লৈকাই খুদিং
য়ুমথোঙ্ লেঙ্না তিন
খুত্তা মৈরা পায়দুনা
য়ুম্বুরেলবী ইমাশিংনা
অহিং মিংশেন খাংলি
থম্মোয় ইন্থন ফাওনরি
চৈনা খাংলিবা ইমা মণিপুর।

জুলাই ১০, ২০০৫, ইরৈবাক

## য়ুম হল্লকপা

য়ুম য়ৌরে
হিপ্নিংলে
হেক হিপ্পগা তুমথঙ্ব্রগনি।
অঙাং ওইরিঙৈ
হয়াও-নুংঙাই
মনিং তমজখি, নুংশিদ।

কপ্ লাওরিশিংসে
নুংশিবা ঙাক্নিকো
য়ামখ্রেদ।

ইমাংমক্তদা
শং-শং উনা
মতৎ মতৎ তৎলা হকচাংসে
নহান্দগী য়েংনিংদদুনা য়েংদ্রবনি;
লোয়নমক চাকখ্রে
উৎ ওনখ্রে,
অতিয়াথক্ত
পারবা লৈচিনখক্ত ঙায়হৌরে।

তুমিন লৈখ্রে
ইংনা পোৎথানখ্রে।
মংফমদা
শাবগা থুগাইপ্রদৌবা
নিংশিং ফুরা অমগী
অমুক থৌরাংলিব্রা!

জুলাই ১৭, ২০০৫, ইরৈবাক

# শিংনবা য়াও মচা

মবুক তপ্পা য়াও মচাদু
ঙসিদি
মমিৎ ঈগুম ঙাংগ্রে
অকনবা ঈরৈনা চেপ্থিবা
নুংজাওশিং শংত্রিক য়েংই।
লৈরাই চাংদোন্দা লেপ্লদুনা
শিংনরকই কৈশালদা ওনশিন্দুনা
তাও কৈশাল!
ঐ ঈশিংসি থকুনা চাওরকপনি
ঐ ঈশিং নৈখাইদে
য়াওদি কৈদৌনুংদ
ঈশিং নৈখাইদে,
অদুগীসু মথক্তা
ঈশিংসি চেল্লি।

জুলাই ২৪, ২০০৫, ইরৈবাক

# ঙসিগী মালেম

ফুঙ্গা ৱারীনা অচুম্বা ওম্মোরক
থাজবগী কৈরাক্তা
মতোল-লোম্না কাখৎখি।
নিংবা থুংবগী মরক্তা
ঈ ফাওগৎলকই পেন্দবগী
পেন্দববু পেন্দবগী লোইবা নাইদ্রবা।

হিংবগী শারংদা ফাজিল্লিবা থৱায়না
কৎথোকপগী মাস্ক উপ্লগা
লুকংগী মেলা তৌই।
মমিৎ পুনশিনবীরবা ৱায়েনশঙদা
অচুম্ববু মক্রাং শেগাক শেগায়
তোখায় তাবগা অমত্তা ওইবগা
নিংতম্বা মুন্নে অঙম তান্নে।
মরোমদোম লেপচবা অপুনবা শক্তম
অমগী হেক্তা খুৎ হান্না থানৈ।

ওম্মোকপনি! ঙসিগী মালেম
পোকখায়য়ু য়াদবা মকুনা চাউখৎপগী
চৎনবা য়াদবা অচুম্বগী তোকঙাদা
চহিচা কয়াগী তুংদা
থৈদোক্লবা ইতিহাসকী
সনাগী যুগ ওই
শান্তিগী য়াইফা-পাউজেল পুদুনা।

১০

খুৎলায়গী লাননা
ধম্মগী লান্দা কাখৎলকই
লৈঙাক্কী লোয়লমসু
ধম্মগী লোয়লমদা ওনখৎলকই।
মীনুংশিগী পুন্সি খুৎহিং কাল্লগা
নমফুদা মালেমবু মরননাই ওইশিল্লি।
নুংশিবা নুংঙাইবা তানবা পুন্সি
নুং অনিমক মাংহনখ্রগা
শিবা ঙাইবা পুন্সি ওইহল্লি।

জুলাই ৩১, ২০০৫, ইরৈবাক

# অচং অশি

য়াহৌরকপগা
অশিবা অশোকপা লাকপা মুনবগী
গ্যাস হোরন পাউনা
কানিগী চুম ওইহল্লে, অয়ুক খুদিং।

নিংতম্বগী ব্রাহম্বোক্তা
ইনিং তৌবনা মপুং ওই
লৈহাওসিগী তোপ- তোপ্পা চং থোকপা
ঙবোংখাউদা নমদুনা ইরোন্নুংদা লংথরি।

হাৎপগা শিবগা খেন্নবা লৈত্রবা
মীওই খুজোক খরগী লমদমসিদা
মীশিংদি নোংম-নোংমগী
খংবা অমা য়াওনা হন্থরক্লি।
অদুম ওইনমক হিংলিবনি ঐখোয,
অনৌবা মহে-মশিংনা পুরকপা
পুন্সি খুৎহিং অমদা, নিংঙাইদনা
সি য়ৌরা সি ফাওবদা।

মৈ মুৎথৎলগা মমহনবা মস্মিন্নবগী অব্রাবা
ঈশিং নৈখাইরগা খৌরাংমিন্নবা
মীখা পোনবা মশেন নিংতম্বা মুন্নবা
লৌনগনবা লায়নাসিনা য়াংনা শন্দোকখ্রে
পিগা ঈগা অমত্তা ওইনা
ফজবগা থব্রায়গা অমত্তা ওইবা
নুংশিরবা লমদমসিদা
নিংতম্বা মাংখিবা নুমিত্তুগী
হেক মথংগী অয়ুক্তগী।

আগষ্ট ৭, ২০০৫, ইরৈবাক

# অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎ

নিংতম ময়াইকারবা লাল্লোইশিংগী
শায়ি নোংজাবীনা ঙাংলক্ল নুমিদাংৱাই,
লানমাংলবা খোংজোম লানফমদা
অশিবদগী মায়পাকখ্রবা,
হে মরোল থোকত্রবা!
অথৌবশিং নিংশিং যুম্বী নংগী
অৱাবদু, খাংবা ঙম্বগী ৱাংমদনি।

ফৈদাপুংগী থৌরি কোঙ্গোইনা
নোল্লু য়াদবা লানফাগী ঙক্তা হুকখিবা,
মীখাপোনবা ইতিহাসকী লাননুংশি [১]
হে মরোল থোকত্রবা!
অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎ নংগী
অৱাবদু, খাংবা ঙম্বগী ৱাংমদনি।

লৈমাইসিগী তোপ-তোপ্পা,
মৈ-ঈশিং চংদ্রবা থৌনা
শেৎনা-খাইনা ঙমদ্রবা মরৈবাক্ নুংশিবা
অদুগা, লাইওইরবা মংফমগী থাজবনা
নিংতম মৈরিনুংদ মৈরাম্বী ওইখ্রবা
লোয় থাখ্রবা লানফাশিং
মীরোৎ তাখ্রবা লাল্লোইশিং
হে মরোল থোকত্রবা!

---

১। লাননুংশি:- শানা তুবদালাননা তুবদা মপি-তাববদি লাননুংশি কৌই। শাতুরোল লানতুবোল

অথৌবশিং নিংশিং য়ুম্বী নংগী
অৱাবদু, খাংবা ঙম্বগী ৱাংমদনি।

থোকহৈদবা থৌদোক্লা খুরক হাংদ্রবা
অঙৌবা ফিজোলগী মীরোলসিনা
অথৌবশিং নিংশিং নুমিৎসিদা,
নিংশিংলি, খোঞ্জেল থোক্তবা
অপুনবা তেংথা অমদা-

"শিবা কিদবা অথৌবশিংনা
লাম্হেংনখি ইমা লৈবাক্কী
অদুবু নিংতম্বদি কনবা ঙমখিদে।"

আগষ্ট ১৪, ২০০৫, ইবৈবাক

# নিংতম ঈহৌ

নিংঙাইদনা তুমখুন তাল্লিবা
খুঞ্জাশিংবু মিপাইহল্লিবা
অশিৎ-অৱান্থাগী নুংশিৎনা
মায়গৈ খঙদা হুমখি
মখোক লোয়রা উনা।

তাল্লবা লৌবুক লম্ফাংদা
কৌজেং- হারৌগী নিংতম ঈশৈনা
তুমদ্রবা অহিংবু হেন্না চিকহল্লি,
কোরৌগী অহানবা মঙালনা পুরকপা
মায়োক্লা ঙমদ্রবা য়েক্লবা লাক্লনি।

লৈপুঙ্ ওইহৌরবা মতম অমগী
মংফম থবাক্তা খুৎতুম শুরিবা
খোংহৌ থিনবা খুঞ্জাশিংবু
কলক পেন্না লৈপাকলৈনা খুইথরি
কোরৌ মৈশাদা ইক্লবা
কল্লবা লৈমায় থিনগায়দুনা
য়াক্লবা কালেন নুংশাদা।

আগষ্ট ২১, ২০০৫, ইরৈবাক

# তম্পাক্কী অঙাং

তাইবঙদা নৌনা খোঙদারক্লিবা
তম্পাক্কী অঙাংনা কপ্লি
ইমাসে ঐগীনি, ঐগী ইমানি
কনামত্তগী নত্তে।
অঙাং, কন্থি থোক্লা কপ্লি
থেম্বা য়াদে।

খোইরুম নোক্লদুনা
খোমনৌবী মমাদুনা
খোম ইনশিল্লি
খৌবোম থন্না, মচাগী ময়াদা।
হিক-হিক লাওনা
খোম চিংনা-চিংনা
অঙাং তুমথখি, তুমথখি।

আগষ্ট ২৮, ২০০৫ ইরৈবাক

# অচিকপা অহিং

মীনিন্না নাকোং য়েশিল্লবা নুংথিলনা শিথ্রগা
অচিকপদা লুপশিল্লক্লিবা অহিংনা হংলৈ
নঙবু শ্বর হোল্লিরো! হোল্লুরনু
অচিকপসি থুগাইনু, অচিকপসি কল্লু।

অচিকপা অহিংদা, শ্বর হোল্লি নিংশিংবা
নিংশিংউনু কাউথোকপা ঙমদে
পোৎথাফম খঙদবা অহিং ওইহল্লি।
অপাম্বা খুদিংমক থাদোক্লগে হায়বা
অপাম্বা অমনা 'মুক
অৱা পোলোই ওইহল্লরে
চিক্লবা অহিং মমৈসিদা।

নহাক্লা লাক্লিসে থেঙ্মনথ্রে
পুন্সিগী নুমিদাং ৱাইশিনথ্রে।
অমুক হল্লক্লরোইদবা খোঙচৎ অমদা
ঈপাকথক্তা পাইরিবা উচেক!
লেপ্তুনা খপ্লু চোকথরবা শাখপতু
পাইয়ু অদুম পাইয়ু
চাংজৌ নাইদ্রবা ঈয়াইদা,
শাখপ লেপত্রিফাও।

সেপ্টেম্বর ৪, ২০০৫, ইরৈবাক

## ঙমখৈ শহর

হেক য়েংবদা থকৎপা পোকপা
নোংমৈ পায়বা বোম য়ানবা
মশক থিরবা লাম্মীশিং
চৎলি মিৎশিং নাশিংনা
খুদক্কী লানফম অমগী হেক্তা
শকচু ইমান মান্নবা
মীওইশিংসিদা নোংমৈ চিংদুনা
ঙমখৈ শহর শিনথুংনা
মতম হায়বা লৈতনা।

কৈথেল লুকমায় পানবী
লুবাক কোকথোংনবী ইমাশিংনা
মীওই বাহৈ হায়দ্রে
অকাম থুনাম য়াওনা
কৈথেল তোয়না কাইবগী
তোয়মনবগী পু-থাংঙমদ্র।

পোৎলুম অনী পুবী
য়েঙ্গাং-নাপী য়োনবী
থরক হুনগৎলি পৎখ্রদ্রা
চাজেনবী নহাশিং
মথাদ চেজেৎ কোনশিল্লি
মচা মণিবু, নুঙবংনৈ
থবায় য়োনখিদ্রা চরা হেল্লুরদ্রা।

মহৈরোই, নুপামচা নুপীমচা
লাইরিক খাউ নম্বো পোবশিং
চেনচৎ চৎলি মিপাইনা
স্কুল অকা-অকুম
অদুগা, লৈতাফম খঙদে য়ুমদসু।

নুপামখৈদি-!
নুপাদি নুপানিদনা
শুদা চত্তবা য়াদে
য়ুমদগী থোকখ্রবদি
লানফমগী লানফম ঙাক্তনি।

হেক য়েংবদা থকৎপা পোকপা
নোংমৈ পায়বা বোম য়ানবা
মশক থিরবা লান্মী মপৈ মপৈ
থাজিল্লকপা লেপত্রি, ঙমখৈ শহ্‌রসিদা
অপুনবা ভারত অমা শাগৎনবনি হায়।

অক্তোবর ২, ২০০৫, ইরৈবাক

# মরুপ অমা লৈরম্মী

মরুপ অমা লৈরম্মী
শিনফম্না জগোয় শাবনি।
মপান লৈবাক চৎলু খুদিং
অনৌ-অনৌবা ৱারী লি- ।
ঈশিং মনুংদগী নুমিৎ থোরকপগী
নুপী' রোলর থৌবগী
শোয়নাইরবশিং শান্নবগী
থাজদবা শহরদা
থেংনরকপা মৈতৈ মচাগী
লোইশিনবা নাইদ্রবা ৱারী।
" ইমা লৈবাক নুংশিবদি
মপান চৎলগদা খংলকই।"

মণিপুর ডিগ্রি কয়াদা লৈ
(লোংগিচুট লেটিচুট)
পাকচাওবা, মীশিং, ঙমখৈ,
সমুদ্র ইমায়দগী ৱাংবা
অসিনচিংবা অসিনচিংবা
মমা লৈবাক নুংশিবগী
অহানবা পরানি হায়।

নুংশিবদি খঙবনি
অতোপ্পবুসু খঙহনবনি।
খঙহন্নবা হোৎনবদা
করি থোকই খঙব্রা?
করি থোকই!
ঈ থোকই!
পাউখুমসু মানা অদুম পী।
লৈবাক্কী মিংশেলদি কৈথেলনি
ইমা কৈথেলদি মীনুংশি কৈথেলনি
শেন্দোং কৈথেল নত্তে।
থাউমৈ পোদোনগী মৈরিদা
পলেম ওইবীশিংগী মাইথোং
তশেংনমক মীনুংশি' লাইরেম্বীনি।
"নকোকফাও চিক্কনুকো
ইমানা লাই ধুপ কৎপা খুদিং
ইচাগী মঙ্গল নিরিবনি।"

'ঐখোয়গীদি তোপ-তোপ্পনি
অঙৌবা ফিজোলদা য়েংউ ।
ঐ য়েংলিবনি
অদুনবু হায়রিবনি
ঐগী ৱাকৎ অমত্তা লৈজদে
মীশিং য়ামখিদ্রবা
পীকখ্রবা চীংলৈবাক্সিদা পোক্পগী।

ওক্তোবর ২৩, ২০০৫, ইরৈবাক

# নোংথাঙদি কুপখ্রে

থা-থবানমিচাক থোক্তবা অতিয়াদা
অমম্বা অহিংদা
কুপফেত্তুং ঙাল্লকপা
নোংথাঙগী মঙালদা
মুশিন-মুবা নোং পুবা লৈচিল
নোংলিক্কী মখোন্দু
তারগদা খঙবনি
তাদ্রবদি অহিংগী অমম্বনি।

কয়াদা থৌজাল হৈখ্রবা!
থাগৎচৈ মালেম ইমানা
অশংবা ফিজোল শেত্তুনা
তৌবিমল খঙবা উৎচৈ।

থা-থবানমিচাক থোক্তবা অতিয়াদা
অমম্বা অহিংদা
কুপফেত্তুং ঙাল্লকপা
নোংথাঙগী মঙালদা
অহিংগী অমম্বদি উখ্রে;
ঙাইহরি খৌরাংনা
অনৌবা ফিজোল হোংনবা
ফিরুক খুমলিবী পোক্লফম ইমানা।

সেপ্তেম্বর ১১, ২০০৫, ইরৈবাক

# অঙৌবা ফিজোল

অঙৌবা ফিজোন্দা খোঙশাল্লক্কে
মায়গৈ খুদিংদগী কেক্রুপাল তম্না
অচেৎপা ব্রাশক লৌরদুনা
মায় পাকপগী, হনবা নাইদ্রবা মীয়াম।

মীয়ামগী মায়গৈদা অচুম্বা লৈ
মীয়ামগী শক্তিদি ঈশ্বরগী শক্তিনি
মীয়ামগী অপাম্বদি ঈশ্বরগী অপাম্বনি
মীয়ামগী লাইবক মীয়াম্না লেপচবনি।

কেকুলাপাল
কেক্রুপাল, [illegible] চুনবনি
[illegible] শোনবদু [illegible]
[illegible] লৌনসি
[illegible] লৌনসি।
[illegible] অঙ্গাবগী পনখেদা
[illegible] মালেম্বু।

[illegible] মাইপাকফম কেক্রুপালনা
[illegible]
[illegible]
[illegible]
[illegible] মিৎকি [illegible]
[illegible]
[illegible]

[illegible]

# জগোই শাবী

জগোই শাবী য়েংবা লাকই
অনকপা অথাপ্পা লৈবাক কয়াদগী
মালেমগী মেপ্পা
শন্না মফৈ অমত্তংদগী
মফম কনবা, পিকখ্রবা চীংলৈবাকসিদা।

"হিংখো শাংনা জগোই শাবী,
য়াইফবীয়ু ইমা! জগোই শাবী পোকপী"
থাগৎ ব্রাহৈ, য়াইফা-পাউজেল
মশীং নাইদে, লাকলি।

জগোই শাবী য়েংবা কণা মনা হনবি
নিংবা কায়না লমখাংদগী।
ওকাখ জগোই শাবীগী লমদমদ
চংবগী অথিংবা লৈরমখি।
অয়াবা লৌরুবা কথামসু
লোইখি অপিবা মতম
চুনদ্রবা চাংলম্বীসিদা।
সিনি জগোই শাবীগী চাইনক
কুচাং লাইনা পাগ্রে।

ঙসিদি, মিপাইবগী খাক্তা লৈরে
খোঙ্গুল মুংখ্রগদ্রা জগোই শাবী
তাইদংনা খোয়দানা পুংশিজবা
মালেমগী মফম মদা ফংদ্রবা।

মহৌশাগী খল কায়থরকপনা
পুমথরক্লে অচম্বা ঈশিংগী পাৎ
ঐখোয়গী লোক্তাক, লোক্তাক ওইদ্রে
অতাওবা ফুমদি, কৈবুল লমজাও
অমুক নানৌ হুল্লরোই!
কদায়দনো শঙাইশিংনা
চেন-চোংজগদবা মনিংতম্না।

লেপ্তুনা তেংথারী লৈরেনহনবী মমানা
"ইমাগী পামেল রাংথোইবা
নহানঙৈ, পামেল উজাও-উরেন ওইনু
পামেল শীংজা ওইয়ু হায়ববু হোইয়াদে।"
চহী চা কয়াগী মিৎয়েং শানবা
অশৈ' নুংহিক মপাওখোনসে
তাবিবা কনা য়াওরি
থেঙমল্লে! মীনুংশিগী
য়াইফা থৌরাং, মায়গৈ খুদিংদগী।

নবেম্বর ৬, ২০০৫, ইরৈবাক

# মংফমগী অচিকপা

মংফমদু নৌরি
হঙ্গাম পাম্বী মচাশিংনা হায়রি;
কনাসু কনাসু লৈহৌদ্রমাল্লে
অকোয়বদা করিসু খাদে
মচি অমদদি ঙাই তৈব্রা
উচান মৈখাক খরদি য়ুংলি
নুংতিগী নৎত্রবসু, নুমিদাংদা
মৈ কৎলি মরক মরক্তা।
থম্মোয় শোক্লবা নক্লবা
কনাগুম্বদি লৈহৌরিদনা!
লাকখিবনি তয়াং তশোই
কায়নবগী অঙাবনা চিংদুনা
মংফমগী অচিকপনা
ইংহল্লে লমায়সিঙদি।
মৈরা কত্তুনা খুরুম্লগা
শারবা পিরাং শিম্ফুরম্বা
পিক্লবা মচা শমদুনা
তপ্না-তপ্না লাপথোকখিবগা।

কাইনা মৈশা লাংহৌরবা পুম্নিগী
তেংথা পিরাংনা চান্নবা
পিক্লবা লৈপুংসি শেংলবা লাইফমনি
মংফমদি অচিকপনি।
মীপুম খুদিং খেৎনবা লৈতনা
মংফমদা লাকই নোংমদি শোয়দনা
কনাসু হনখিদে নিংবা কাইনা।
চিক্লা পোৎথাখি অরোইবা য়াহিপ্তা।

ওক্টোবর ৩০, ২০০৫, ইরৈবাক

# শামু নঙ্ হৌগৎলু

মঙ্ ওইহন্নিংবা কয়া
থোকই তাইবঙদা মঙদৌনা
মঙ নত্তে খঙনা খঙনা
মঙ অদুম ওইহল্লি।

ঝা-ঝা লাওনবকই-
কৈথেলদা, শামু মখোঙদা
নুপী অমা তাদুনা লৈরে।
'তাদুনা লৈবে' খঙনবী লোন্দানি,
হাৎলে শিবে হায়নদে
অশিবনি ইখঙ হেক্ খঙনৈ।
মীশি চাদনা শিবা
লৈবাক শবা শল্লম্বনি
ঙসিদি, অমুক থোইদোকত্রে।

নোংবু ঙালম্-ঙানফাৎত্রি
মীনা চিক্লা-চায়না চল্লমদ্রে
কৈথেলানিদনা।

শামু মখোঙদা
নুপী অমা তাদুনা লৈবি।
খোঙদগী তোন ফাও
অঙৌবা ফিনা কুপলি।
অয়ুক্কী লিবি মালংবতনা
ঈ চুরবা ফিদা
তপ্পা যাম্না তপ্পা শিৎলি।

নুংগী ফম্বাক্তা, নুং চনশিনখ্রবা
মৈতৈ নিংথৌগী নাক্তা
ওইনজফম ফংলমাল্লে.
নিংঙাইদনা য়াতার্কি এশিবনা।
কয়াদা মচোংপাক লাইখিদ্রবনোসে
শয়োম শানা
শিংনা শানা নৈহৎপিখ্রবী শবাক ফার্কপিখ্রবী
ঈহিং-নাইহিং শারবী
চৈনাখ .বা ঙমদা ঙম্লক্ত
নাহে-নাহে পুন্সি পীখম্লখ্রবী
'সিনা অহৌবসু নত্তে
অদুগা অবোইবসু ওইরোই।
ঈশাগী ইয়ুম ইবৈবাক ইরমদমসিদা
মবুং মৌপ্পানা খুরক হাংদনা লৈনা লৈনা
শোকউনু ফিদু কনামত্তা হাইদোকউনু।

নিংতম খোঙনেৎনখ্রবদা মমা লৈবাক্লা
মীখা পোল্লবা মরৈবাক্তগী
য়েক্লবশিং তাম্থোকখিবনি,
মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা, মৈদিংঙু চীংথংখোম্বা
লানঙম নিংশিং মুর্তি
হিংলিবা নিংতম্বনি, সনাগী মুর্তিনি ঐখোয়গী।

মচোয় তাবা লান্দা
নিংতম্ খোঙগাওনখি থেনখাং কয়াদা
নুংশিববা ইমা লৈবাক
য়েক্লবগী খুত্তা তাখি
মীখা পোনখি মণিপুর।
ঙসি করি লৈবি ওইথোক্তবা
থোকহন্নিংদবা খুদিং থোকখ্রে
খাংঙম্দবা হাযবমা অমুক লৈত্রে।

নোংমগী কৈথেল, সনা কৈথেলদা
উপু ঙানা তাওথরি;
লৈকং থোং মখাদা
শামু ফারি চীংথংখোম্বা;
অকংবা শরু মচেৎ শাইরি
ইরৈবাকচাশিং, অদুগা হরাওরি পেঞ্জরি
মশাগী মখয়াত্তগী চেম্বুরকপা
ঈ থক্লগা- ।
শামু নঙ হৌগৎলু
অমুক্তা হৌগৎলু
হৌগৎতা য়ারোই।

নবেম্বর ১০, ২০০৫, ইরৈবাক

# নুমিৎকী মখোইদা

শাবী শানৌ অনী পুনখি, নোংমা
লৈচিল নোংফাই থাংদ্রবা
অহাংবা অতিয়াগী মখাদা।
অদুগা, য়েংউই, তাম্না-তাম্না
চীংজাওনা ফিবান লুমশিনখ্রবা অতিয়া
চীংলোন লান্না ৱাংনা পাইরিবা উচেকশিং।

সনামচুগী মশেক্ মঙাল পুরদুনা
কাখৎলক্ই, কোরৌহনবনা মোংহাদা
নোংপোক্ চীং লুখুম্দগী।
কয়াদ ফজখ্রবা অয়ুক্কী অতিয়া
মৈশা মপুং ফাদ্রিবা অনৌবা নুমিৎ;
চপ য়ুংনা পাইশিনখ্রবা নুমিৎকি মখোইদা
অমুবা মরিক্ ওনখ্রবা চেক্লা-পুংবা।

মসি পুন্সিনি, তনবা- নুরা অনীগী
ফজবদগী ফজবা নুংঙাইবদগী নুংঙাইবা
মিৎকুপ, ঙাইরকপা পম্বুং লাংতক্লনা।

ঙসিসু, লেঙ্দে অৱাংবা চীংদোনশিং
শংবান্নবা অতিয়াগী লোইনাইদ্রবা ঙমখৈদা
করিগুম্বদা, উরুই উচেকশিংনা তাম্না- তাম্না পাইবা
অঙন্বা অয়ুক্কী অহাঙ্বা অতিয়াদা
কোরৌহনবসু অদুম মথোরক্ই
অদুবু নোংমতবু অপান্ননা নৎত্রবসু য়েংলুদ্রে
মিৎনা থম্মোয়গী তুংইন্না
অদুগা থম্মোয়নসু মিৎকী তুংইন্না
অঙাংবা নুমিৎকী মখোইদা
অমুবা মরিক ওন্দ্রিফাও
চপ্ য়ুংনা পাইবা চেক্লা - পুংবা।

# নোংঙাল্লকপদা

লৈরাংগী থোৎলবা লৈনাদা
অহিংগী পিরাংনা তনিক্লি
লিবিবা মালংনা অঙনবা অয়ুক্কী
য়াতাহল্লি ইংনা লৈখোঙদ৷
লোন্না কনা উদ্রিঙৈ।

ইখৌ লাংলিবী নৌরিবী লৈরাংখৈসু
তরাম্না ওক্পা নংহৌদবদনি
মশানা অদুম্মক্ ফজববী
নোকলি পিরাংলক্তা ইকাইনা
খোইমুনা লৈকাদগী পাইখিবদা।

কোরৌগী মেংলবা মঙালদা
চোক্থরবা লৈরাংশিংনা পেঞ্জনা
উনাবক্ত ঙাথরি নিংশিং নিংশিং
অহৌবনা অরোইবা ওইরবা
লিথোকপা য়াদ্রবা ৱারীশিং।

অশোংবা উপালশিংদা নিল্লক্লে
য়ারেল্লম্বা চেল্লাশিংগী মপৈ
নোমহৌরি পাইখিবদা, মকা লাম্না
কোরৌহনবনা তাকলিবা মঙালদা তান্নদুনা
খপলিবা মশাদা পুন্সি পুরদুনা।

# নিংশিংলুবদা

মতম্ অমা লৈরম্মী

ওথোক্পা ঙমদ্রবা হুগী ময়াইদা
ময়েক্ য়াওদবা ঈশৈগী শৈশক্তা
লুপচখি, পুক্সিনা অশি-অচংগী ব্রাংমদা
খোয়মুশিংগা খোন্দাননা।

কলক্ খম্বন্গী অচাক্পা মৈনুংদা
ইকং ওইরবা থম্মোইনা
কয়াদা পেঞ্জনা মৈচাক্তু খাংজবা।
করিগীনো, ঙসি অমুক নৌহৌনা
নিংশিংলক্লিবা, ওক্লে,য়াম্না ওৎথ্রেনা
নিংশিংবনা।

অযুক শিৎপা মালং খমগোন নামীবা
নুরা- তনবা হুমাং লোকপা
অঙনবা অয়ুক্কী, লৈনম্পুবা
ইংলবা নুংশিৎনা ইরাং হৌহল্লবা
চোইজাইননা তারিবা শল্লাং
তপ্পা নাল্লগা, মশা খংজদনা
মিপাইবগী নিংশা হোন
খোইরুম নোক্লিবা ইকাইনা
য়েংউ খুদিং ফজবা
হিংববু তরাম্না ওক্লিবী
তনৌরবী মায়থোংদো
উনিংবনা লাংতক্লুবা

পিরাং শিন্থনবা ওইখি।
হৌখি খংহৌদনা হৌখ্রবা পুন্সি
থেমজনজে, পুক্লিং তুজুং ইকাই- নুংশি য়ান্নে,
চৎঙম্বগে কনানা পুন্সিদা
মথোক্ কারক্পা মতম কান্দুনা!

নুংশিবদা নিংবা কাইরবদি
তাইওন্নেদা তাইবঙ্পান
হৌখিবা থৌদোক খুদিংমক্
মঙ্গুম য়াঙ্না শঙ্-শঙ্ লাক্কনি
মহৌশাগী ফজবা পুম্বনা
ওনশিন্দুনা ওৎলনি
নুমিৎনসু চাক্কনি
থানসু ফমজিনহল্লক্কনি
লৈরাংগী ফজবা পুম্বা মাংথ্রগা
তিংখংখক্তা লৈহৌনি
চেক্লাগী নুংশিবা খোঞ্জেলদা
নংবু য়াক্লা করেম্নরক্কনি
মিৎকি পিনা নিংশিং-নিংশিং নোক্নরক্কনি।
নোংঙানবা ঙাইবদা চোকথরবা
মিৎনা কক্লা অমত্তা
উইশিল্লু য়াদ্রবা অহিং
নোং সুক্ঙান- ঙাল্লরোই।
ফজবা পুম্বা নংগী
নুংঙাইবা পুম্বা পুন্সিগী
পুখ্রবনি লাপ্লা
ঙরাংগী নুমিৎনা তাখিবগা
নুংশিবদুদনি থনমলিবা
অৱাবনা মরোল- মরোল্ য়োমশিন্দুনা।

# ফজবা উনিংদ্রা নুংশিবা য়েংনিংদ্রা

ফজবা উনিংদ্রা
নুংশিবা য়েংনিংদ্রা
লৈকোনসিদা থোরক্উ লাও
থাবল ফরবা অহিংদা নদোম।
মচু কয়াগী লৈরাং শাৎলিসে
ফজদ্রা য়েংলোলাও
নুংশিদ্রা লৈনম হেন্বী লৈরাংসে
ফজবা লৈরাং নুংশিবা লৈনম্
খোইরাংদ্রা কনা য়াওদা নতোমতা।

লৈদি ফজবনি নুংশিবনি
পুক্লিং হুবা লৈনম্নসু
লৈরাংবু হেন্না য়েংনিংহল্লি।
পরেং লেংগে
নাচোম শেমগে
লাই' কৎকে
চপ মান্নে, হেক্তোক্পিবনি লৈখোক্তগী।
অমুক্তংদা শাৎচবা লৈরাংগী পুক্সি
নুংশিবা লৈনম চেল্লিঙৈ
লৈকা ফন্না শাৎচহৌ
খোইরাংদ্রা, কনা য়াওদা নতোমতা॥

করিগুম্বদা, কাংশি খোঞ্জেলদা
অহিংগী শাংলবা পুংজা য়ৈবদু তারবা

তয়াং তশোইনা, খোইরুমদং নোক্লগা
পুক্লিংদা ফাওরবা
ইনুং হেক্ ঙানবগা হেক্কে
হেককে হেককে অপাম্বতা
ফজবতা খন্দুনা হেককে
লৈনম হেনবতা খন্দুনা হেক্কে।
অদুনবু হায়রিবনি খংউ
ফজবা উনিংদ্রা নুংশিবা য়েংনিংদ্রা
থাবলগী অহিংদা পুক্লিং হুনা
নিংথিবী লৈরাং
ইনুং ঙাল্লা থোইনা হেন্নদুম ফজবনি।

ফজবদি ফজবনি, নুংশিবদি নুংশিবনি
নুংবু নুংশিরদি, য়েন্নিং হুল্লি ফজবা
লোইনাইদ্রবা তাইবংগী।

# খোংচৎ

কুইরবনি নিংজরকপা
থব্রায় হকচাং য়াওনা
নংবু নুংশিজরক্পা।
নহাক্না নোক্পদা নোক্চবনি
ব্রাজবনি চাক্চবনি
থাজবনি তেংনা।
নংবু উরগা ঙাওজবনি
(ইশামক্সু খঙ্জদা)
মীমাং পুমাং নাইদনা
মিৎকি পী শিন্থখিবা কোঙ্গাইনি।
ব্রারে ব্রানা অব্রাবদা
নুংঙাইরে নুংঙাইনা নুংঙাইবদা
কলক্পেন্না, ইরোইতা লোইনজনিংবনি।
অয়ুক নুংথিল নুমিদাং থিদনা
থেংলবা অহিংগী তাংলৌদসু
ঙায়জবনি লেপ্তুনা মতম্ চুপ্পা।
অদুনসু লোয়দ্রি,
তুম্বদফাও মরি-মখোংশম্নদ্রবা
মঙ্লান্দা শান্নে- পেন্না
করিনো করিনো খঙ্দবা মশান্নদা।
মিকপথোক্লগা
হরাওবনা থুমহৎখি পাঙ্দ্রবনা
করিগুম্বদদি লাকতি লাকলিদনা।
ঙসিদি, শেংফাত্তনা তারকলে খোঞ্জেল
মশেল মরাং উরকলে শক্তম
ইরা হৌরে মিৎ
থুক্ই থম্মোয়
খোংচৎসে লোমলমদাই য়ৌরমাল্লে।

# কাইনখ্রবা তুংদা

নংসু অরোইবা লাম্মী নত্তে,
নত্তে, ঐসু অরোইবা লাম্মী;
খুৎকা- খুৎকা খুৎশম্না
পল্লোন তরেৎকি লানবনসিদগী
করম্না লিৎখিবনো নদোম।

কাইনখ্রে, কাইনা ঙম্লোই খনবা
অদুগা, কোনশিনবিররি'- সুম
পাম্জদ্রবা অৱাবনদি
ইথন্তা ইকাই নুংশি য়ান্নে .
য়ান্নে চেৎনা কাওদা থৌরিসু
পাঙ্গল্ল মতম্না চিংলিবা।

হেনগৎলক্লি লেপ্তুনা পুক্লিং
থাজবগী ৱাংমদা ঐগী
মীনোক্ চংখৈ নাইতোম তাবা
খাঙ্ঙমদবা, পাউখুম ঙাইদ্রবা ৱাহং কয়া
ৱাহং ১গী মথংদা ৱাহং
ৱাহং ৱাহং ৱাহংখৈনা
সুম্ নন্শল্লক নন্শল্লক্
ৱাহংনা পাউখুম ওইরকলে ইদোম।

কাইনবনা কাইহৌররি তত্তনা
থম্মোয় লকা থুমহৎনা
মিৎকী পিনা হিক-হিক
ৱাহৈনা ফোংঙমদ্রবা চৈনা
নুংশিবা কাইনখ্রবা তুংদা
কাইনরে খংনা- খংনা
পুক্সি লানফমসিদা।

# উচেক

উচেকশিংনা
মপৈ- মপৈ পাই
চবুন- চবুন চাক্তাই
পুল্লপ- পুল্লপ য়ারেক্ই।

অহাংবা অতিয়াদা
অশংবা লৌবুক লমহাং ঈপাক্তা
অশোংবা উপাল ব্রাপাল নারক্তা
মনিংতম্না পাই
হরাওনা চাক্তাই
নুংঙাইনা য়ারেকই।

মতু-মমান খিংনা
য়েক্লবদগী মশাবু কঞ্জনা
হিংবগী নিংতম্বা ফংই
ঈশিংদা কংফালদা অতিয়াদা।

উচেক্তি নিংতম খুদমনি
পোক্পদা য়াওজরক্লবা নিংতম্বা
নিংতম্না হিংবদা মরাল লৈতে
কনাগীসু।
হাৎলি, তমথিনা শাদানবশিংনা
মশিং লাক্ঙমদ্রবা উচেকশিং
অদুবু শিদে মাংদে উচেক্কী
নিংতম্বা।

# মৈরাম্বী

পোক্পদগী মমিৎ অনীমক্
লোক্তাং তাংলবা
অহল ওইরবা মৈরাম্বীদুনা
কোইপাই কোইপাই পাই
মপুন্সি চুপ্পা থিরক্য়ি
মৈরি অমত্তং
মৈরিক্ অমতংদনসু
চাক্থেক্লবা মশাবু তাঙ্গোয় তানা।

মৈরাম্বী কাংবু কাংবু
অদুগা নাইতোমসু
মথৱাইনা তাবা
মৈরিনুংদা পাইশিনজৈ
মশাবু চাকথেকচৈ।

শিদ্রিঙৈনা নরক্কী থোংজিন্দা লেপ্লবা
হিংববু পাপনি খল্লবা
উপায় লৈত্রবা মৈরাম্বীদুনা
অরোইবা মতমদা
অরোইবা ওইনা লাওরক্ই
সংসারসিমক মৈরিনি
পুন্সিবু ইক্লিবা।

# নক্‌শিল্লক্লবদা ’সুম-সুম

নক্‌শিল্লক্লবদা ’সুম-সুম ননাক্তা
ফাওরক্‌লে, ঙসিদি নুংশিবা
নুংশিবগী নুংশিবমক্তা
কাইনারমদাই নুংশিবা।

নুমিৎসু-থাসু চীংসু-পাৎসু তুরেলসু
করিবু হায়রুনি তিনসু কাংসু
ইমান -মান্নরক্লবসিদা
অমত্তা সুম ওইরক্লবসিদা
নুংশিবগী নুংশিবমক্তা।
পুন্সিগী পাবোৎ- চাংদা
নুংশিবনা লৈমায় পক্লা লুম্‌লক্‌লেদা
মসিমদি খল্লুদবনি নোংমতবু;
অৱাবা শংবাই হৌখ্রে
নুংঙাইবা লাইতং য়াওখ্রে
থিরবা পুন্সিসিনা
ফজবনি চাওথোক্‌চবা কোঙ্গাইনি।

লেপ্তুনা কাখৎলি পুন্সিনা
লমশাংসিদা, অনেম-অৱাংগী
নুমিৎকিসু তাবগী মতম্ লৈ
অমুক্ থোরকপা ঙাইবনি;
ঙাইনা ঙাইনা হৌখিবা
মতমগী তোরৈ ঈরৈদা
পুন্নমক্ ’সুম তিনশিল্লক্লি।

অঙাং ওইরিঙৈ নুংঙাইদা
মথোক্ কারকপা ফজৈদা
উরু খুদিং নুংশিবা

তৌরু খুদিং পক্‌চবা;
ঙসিদি অহল ওইরক্লে
ঐখোয়গী মতম লোইখ্রে
মিৎসু নাসু মস্থরকলে
হক্‌চাং কয়াৎ শোম্থরকলে
শম্‌সু য়াসু য়াওশিল্লকত্রবা
চহীনা লুমথরক্লবা খ্বাংনা কোম্থরক্লবা
মুরম্বা শম্না ঙৌরক্লবা
নুংশিদা অহলওইবা!
ইংতপ্পা মোং হাদবা পুন্সি
ব্রাখল লৈতাবা নেতাবা
তান্নরিবা মহৈয়ানবা পুন্সি।

শোকপা পনবা য়াবা তাইবঙ্‌পানগী
ব্রাখলদগী, শোকপা পনবা য়াদবা
পুক্লিংদদি ফাওবা, খংদেনে
করম্নবু হোংলকলিবা
নহাক্কী (মপান নাইদ্রবা) ঈপাক্কী
পিক্লবা ঈরিকসিনা
খংদেনে করম্নবু থাপতোক্লকলিবা ননাক্তগী
খংদেনে করম্নমুক নকশিল্লকলিবা ননাক্তা
নঙোন্দগী হৌরকপা
নঙোন্দনি তিনগদবা, নুংশিখ্রে।
হন্না হন্না পোকপা
হন্না হন্না শিবা
নক্‌শিনগেদা খনবদা চিংশিনখ্রে নঙোন্দা
য়োৎচাবীদা য়োৎকুপ নপশিনবগুম
মশানা অদুমক তৎনা থানা লৈত্রবা
তাইবঙ্‌পানগী মপোকনি।
চহী চা কয়া-কয়াদগীনি
অচুম্বদি অদুম লৈহৌনি
অরানবা কয়া য়াওরবসু
নুংশিরবা তাইবঙ্‌-মালেমসে।

# লৌউবা ১সুং মন্ত্রি

নোং তারে, তারে তারে
থুমহৎলে থম্মোয় পিরাংনা
নুংশা শারে, শারে শারে
লৈক্রক্ চৎলে থম্মোয়
ঈচাও-ঈকং চপ মান্নে
লঈমা মচা লৌউবা।

চিনচাক্লা থব্বায়নি, শিন্থানা পুন্সিনি
শুবা নোম্বা লেপ্পা য়াদে
লৈখোম, লৈনাং, তুমিৎ- কাঙ্
হুমাংগী লৈরিনা কৈদৌদে
মহৈ-মরোং লোক্তবা য়াদে।
পোক্পদগী শিবা তান্না
লু- য়াং কেম্না নোম্লিবা
হে লৌউবা চিনচাক্কি মপু!
চাবা ফংলিবরা পুক্ থন্না
চাবা ফংলিবরনে চারা অনিশুনা
নুপী অঙাং ইমুং-মনুং
নরৈকাই নরম্দম, খুন্নাইসি।

২

হৌজিকপু কদাইদগী ঈচাওনো
কদাইদনো ঈকং থোকলিবা
হুমা-হুমা থিবা লাক্ই
চিংলেম্নবা মন্ত্রি লেংঙক্ই
পোকফম্ শাৎফম মরমদম্
লোয়া লম্দম্ য়ৌরক্ই।

তোর্ববান থোনবা, ঈথৈ-লৌখোং,
লম্বী-থোঙ্ শাংনা শাংনা ভাষন পী
ঈচাও ঈকং চপ মান্নৈ
পৈশাগী মমায় অনীনি।

মীয়াম্না খুবাকতা পংখুদ খুই চিরোনগী,
মীয়ামগী য়াইফনবা খুঙ্গংগী চাওখৎথৌরাং
য়াম্লবা শেন্‌ফম্ লৌথবা কনবা
মন্ত্রিদো, নোক্‌চৈ হুমাং কাংবমখৈ।

থেক্ খোয়রবা লোয়ালমগী
অতোং- অকুৎ নাইরবা লিক্লমদা
মাংসু-তুংসু নোংমৈ পায়বা
সিফাইনা য়োম, চিংলেম্লবা
মচু অহুমগী ফিরাল পাইবা
কারদা, নোম নোম চৎলি মন্ত্রি,
গাড়ী মনুংদা, ৱিন্দ-সিলদ নক্লা
থৌরী য়াল্লিবা লাইফদিবীদু
ফরা-ফরা হাইরি
ফরা-ফরা হাইরি।

# হৌজিক্ মতম্সি

কুইদ্রি,
নুংশা য়াক্লা শাই
লম্বী মী ইচৎ-চৎনদে
ইঞ্জিন পানবা গাড়ীশিং
জিংজাং জিংজাং হেক্তা
মকা লাম্না হেনগৎখি।

কোইলাস শৌদোক্লবা চাক্লবা সড়ক্তা
খাবম লমখায়দগী ওৎলক্ই
ঐগী ছাইকল নুংশিবদো।
নুংশাসিনা মতোইনা শারদি
লম্বী সড়ক্কাসে
ফক্সাং তিংথোকপদৌনা
সুম শাংদোক্খি সুম্ শাংদোক্খি
অদুগা ঙমখৎলক্ই।
লাইবক্কে হুমাং চুবাদা চেম্থুরি
চিনবান্দা য়াক্লা শিনবা
পুক্লা লাম্শিল্লক্
অরাম খৌরাং হেনগৎলক্
মঙম্ শান্দে ওৎপা
তন্দে মান্দে চেল্লি ছাইকল।

খোংনাং কারক্ য়ৌরমদাই
লম্বী মতাইদ -মতাইমক্সু নত্তবদা
পোৎলুম পুবা খেলা অমা
কোমকুৎতগী কাখৎপা ঙমদ্রে
কোকশেং শেংপা কুজি অনীদু

লাউ খোংদুনা ইনবা হোৎনরি।
তাঞ্জাসিদবু হায়দুনা
কুমথরে ঐসু চঙশিল্লি
ফনা কন্না ইনবা হোৎনৈ
ঙমদ্রে, ৰারে, চৎলগে মৰাচানি।

কার অমা খাম্‌মৈ
পাখং অমা কুমথরকই
মশা মউ ফৈ ৰাং চাওই নাল্লি
গম্- গম্ চংশিল্লক্কুনা
খোঞ্জেল হৌনা হংলক্ই
"হায় অহল নংগীরা পোৎসে"
'নত্তে', হায়দুনা কোক্ হাই।
"অদুগা কৈদৌরিবা
চৎলো-চৎলো" মখুৎ হাইরক্ই।
"থেলা ৰালা উথ জা- জা
নং-নংনা ঙমগদবদুদা তৌ
য়েংবা নুংঙাইতে খঙ্ঙব্রা"।

পাখংদু কারদা কাখৎখ্রে
য়াংনা থৌখ্রে
য়াক্লা শাবা নুংশাদুদা
থৌনা অমা লাক্ই
নুংশা মরকসিদা ফিভমসিনা
ছাইকল্ থৌদুনা চৎপসি
য়েংবদা ওন্থোক্লা নুংঙাইরম্লরোই
হৌজিক মতমগী মীরোলসিনা।

# ঈচাও

ঙরাং নহান্দগী
ঙরাং খরা
নহাল খরদগী
চীং লৈবাকসি ঈশিং থুমলে
ঈচাওগী অৱাবা মায়োক্লরি
চীং লৈবাকসিগী মীয়াম।

মীয়ামগী নুংতিগী পুন্সিদা
মীয়ামসিনা ঙম্বমখৈ থওইনখিদ্রবা
পিক্লবা ঈরিকশিংদুনা
ঈচাও ওইররে লমদমসিদা।

মীয়াম হুপ্না থাজৈ
নোংমা নিনিদা হম্থুখিগনি ঈচাও
অদুবু নোংমা হৌখি
নিনি হৌখি
নোংমা কয়া, নিনি কয়ামা হৌদ্রে
হম্থুবা লৈতে ঈচাও;
তরু তরুরম্বা শক্তম
ইরোলনুংদা লুপশিল্লক্নি
অৱাবনা অশাওবা ওল্লক্নি।
করিদি তৌনি ইরোইবা হৈবসু হৈতবসু
পুল্লপ ইরাকমিন্নরী।

অখঙ্-অহৈ ময়াম থোরকই
কোক্ চুংশিন্নে অমগা অমগা
মমৈদা থাজবা পী
ঈচাওসি মথন্না হন্থজখিনি
হয়েং হংচিৎকাদি
হয়েং ৱাইকাদি।

কনাসু মচি লেঙ্‌দে
অৱাবনা ’সুম লেং লৌশিল্লকই।
মীরোলদি ’সুম হৌখি
তিং শোল্লগদা মরিলচুম্বা
তিং কয়ারক শোকখ্রে
চাওখৎপগী নিশাদ লাইচুখ্রে
মতিং ফুদোরকখিদ্রে
লুদা চংবা লিলগুম
মহী-ময়াই চল্লকলে
লেং-ওৎপা ঙমশিল্লকত্রে
কনাসু শারিঙৈদা য়েগে হায়দ্রে
হয়েং হংচিৎ হয়েংৱাই হাইদনা
লৈথোক্লরি, মদুনা অশিংবনি লেম্লরি।
সিনি, নিংতম্বগী মহাও-মাংখ্রবা
চীং লৈবাকসিগী মীয়াম।

# মশক্ উদবা নোংমৈ চিন্দোন্

মশক্ উদবা নোংমৈ চিন্দোন,
ওনশিল্লক্পা, কনানা পাম্দোইনো!
কনাসু পাম্দে
পামদে য়াদে লমদমসিদা।
মরম অমগী হেক্তদা
নৎত্রবসু, মফম অমদা
মতম অমা হেক্তদা,
শোয়দুনা ওইরবসু নৎত্রগা
চাইথোরক্পা মরুনা
মদু ইনৎ নৎত্রগা
শাশিন্নবা খুৎ থোক্লবগী,
নোংমৈ চিন্দোন
ওন্শিল্লক্পা মিকুপ্তা লোয়রে,
হাৎলবনিনা শিরে, মসি হাৎপনি
অশিবনা মরোল থোকপ্রা!

নুংশিরবা ইরম্দম ইমালৈবাকসিগী
ইরৈবাক্চাশিংগী লাইবক
মশক্ উদবা নোংমৈ চিন্দোন্না লেপলি
ঙসি হয়েং তম্বা ঙমদবা
পুন্সি খুৎহিং অমদা হিংলি
নিংতম্বগী মহাও য়াওদনা।

শিংননিংঙকই, হিংলিঙৈসিদা
করিগী পুন্সিবু অসুক
মমল্ লৈতনা হিংদৌরিবা
পোক্ঙম্দবা মপোক্নি
পুন্সিনা লোইরগা চাকথেক্লবা
উৎ ওইনা, তিন্গদবা ঙাক্লি লৈমায়সিদা।

# ঐখোয় ইরাল লৈরে

ঐখোয় ইরাল লৈরে
ঐখোয় লোয়না ইরাল লৈরে;
মিৎকুপ খুদিং লেপ্তুনা
ইরাল লংশিল্লি ঐখোয়।

ঈশিংদা তাবা উরবদি লৈবাক্‌মচাশা!
লাওবদদি লাওবিবা য়াবনি,
উরমক্তদা উনা-উনা
মৱাচানি হায়না লৈথোক্লুরি।

য়ারোই, লৈথোক্‌পা য়ারোই
মমা-মপা ওইবশিং;
তুম্মিন লৈথোক্‌পসু য়াররোই
মংফম-লম্বীদা য়াঙ্না চেনশিল্লিবা
রত্নকরশিংসিনা হংলক্‌লে
ঙসিদি, মরাল য়ামিন্নসি।

# খুঞ্জানি, ঐসু লমদম্‌সিগী মচানি

মুনি-মানি খঙ্‌দা
মঙ্‌ হাগুম্‌ হিংলিবা
ঐ ঐদদি লাইনিং ওই
মিৎ উইশিল্লিবা;
খুঞ্জাশিংদুনা পোক্লক্‌পা
খুঞ্জানি, ঐসু লমদমসিগী মচানি।

নিংতম্বা কাউখরবা
থৌনাফবা ইকাইরবা
ঙক্তমক্‌ নোম্লগা মরাল্‌ য়াজরবা
মশানা মশাবু চিংনজরবা;
খুঞ্জাশিংদুনা পোক্লক্‌পা
খুঞ্জানি, ঐসু লমদমসিগী মচানি।

ঈ মতুমদগী মীখা পোল্লক্লবা
শিয়োম্‌নুংদগী মীনাই ওইরক্লবা
হালেংদনা হাৎপদা ঈ থোক্‌ত্রবা
পাংদবগী পিরাং শিন্থুরিবা;
খুঞ্জাশিংদুনা পোক্লক্‌পা
খুঞ্জানি,ঐসু লমদমসিগী মচানি।

মায়গৈ খুদিং মঙাল থৎখ্রবা
নুংগী অসুক্‌পা উমংসিদা
ঈশিং খুয়া 'মত্তংগী আশা মাংখ্রবা
নিংসা হোনবা য়ৌনা ব্নারক্লবা
শাদানশানি ঐ, শঙ্‌লিংবশিংগী খুত্তা তারবা।

থংনবা মিৎকুপ্তা
করি ওইনি খঙ্‌দে ঐ

ঐ হায়বসিমদি অমুক লৈররোই
মদুনসু অরোইবা ওইরোই।

নিঙ্শিংবগী মমি শাল্লকলে
থৌদোক ব্রাথোক কয়া লারবা
অশাউবগী উৎনা কুপশিনখ্রে
ওমচাক্লরবা থম্মোয়দা
মুৎঙমদনা চাক্লিবা
ঙাইঙমদ্রবা পুল্সিগী
নিংতম্ খোঙ্গাওনবিরবা।

খুন্তাক-লানশি তোয়
মকোক্ কাংখৎলকপা ঙমদ্রবা
চাদা মুৎশিল্লক্লবা খুঞ্জাগী
ঈগুম ঙাংলবা মিত্তগী
শিন্থ্রী পিরাং যুগসিগী
মশিং লেপ্তুনা 'সুম হেনগৎপগী
ব্রায়েল চৎথরিঙৈ শিবগী
ফাগ্রগা মাংহনখিবগী।

চীংলোন অমদগী থোরক্লগা
চীংলোন অমদা তাখিবা
হে মালেম অঙানবা
নহাক্কী সনা অহিংবা নঙান্দা
হিংলক্খিবনিনে খুঞ্জা ঐখোয়
মতমচুপ্পগী সনা লৈবাকসিদা।

নোংগী লম্বী থৎলিবা
চীংলোন কয়া লান
শমজি খায়না চেন্থ্রিবা
থেক খোয়রবা তুরেলশিং
কংবা নাইদ্রবা ঈচেল
খোইথুল্লবা লাইজা ঈশিং
ইংবনিকো পুকসে মতম চুপ্পদা।
ঐগী ইংলবা তম্পাকসি
অহিংসাগী, অশি য়াকাবুঙ্ ওম্থোক্পিরে।

# মরৈবাক্ নিংবা

"অচুম্বদা য়াওরিবা অরানবা
অরানবদা য়াওরিবা অচুম্বা
লেপ্লমক্ খঙ্লক্ই নোংমদি
তপ্লবসু।"

মশানা মশাবু মরৈবাক নিংবনি হায়জবা
মরৈবাক নিংবশিংনা
মরৈবাকচাশিংবু হাৎতোক্ই মরৈবাকসিদা
মশাগী মরন-নাইগুম্না শিজিন্নে
মরৈবাক্চাশিংবু।

মরৈবাক্কীদমক্ হাৎপা অচুম্বা মীহাৎনি
মরৈবাক্কীদমক শিবা অচুম্বা মীশিনি
পৎহাৎতা হাৎলি,- হাৎলি
পংশিদা শি, শিরি-
অশিবা খুদিং শহীদনি!
থৌনা ফৈদা! মরৈবাক্কীদমক থব্রায় কৎথোক্পা
ইকোক্ নোনজৈ, মরৈবাক্কীদমক্
কৎথোক্লবা থব্রায়শিং।

লৈবাক্ নিংবগী মশিং' সুম হেনগৎলক্ই
লেপতে, নিংশিং খুভম মশিংসু লৈকায় খুদিং;
হেনগৎলক্ই,
লুম্ব্রা, পু- পাং শুদ্রবা অঙাংগী মশিং
অদুদগী, তৌহৈদ্রবা য়েংহৈদ্রবা ঙাক্ মিৎকুপ কাংদনা
মংলৈবাকতা মংলৈবাক্ ওইরকই কংলৈবাক
মরৈবাক্ নিংবশিংনা খুল্লিংবা ইরৈবাক।

মহৌশানা পাঙ্গল্লবা চীংলৈবাকসিদা তোপ- তোপ্পা
লমচৎ শাজৎ চাকচা ফিজেৎ
থকশি- খাশি, থৌনা লিংজেল
হৈথোই শিংথোইবা, কলক্লফম্ তম্জনফম ওইবা
কৎথোক্পা, অচুম্বা পাম্জবা, য়াওজবনি পোকপদগী
অদুনবু লাইগীশিংদা থানরিবনি মরৈবাক নিংবা।
ঙানি ঈশিংনি খংদা
হেক্ ফংবা য়াবা নত্তে
লৈবাক্কী নুংশিবা।
অদুনা, -
মরু লুকথা চৈনা খাংলিবনি
অয়ম্বা পাংদ্রবগুম লৈবাক্কা
থাগোন্নদুনা চেৎনা
লমদমসিগী মচৎ।

# লৌরোক্ পাম্বা

লৌরোক্ পাম্বাদা চিনবসিদি লৌউবনা
শিবা নাবা য়াওরবসু ফক্লোংনা কুপ্তুনা থমউ
হায়নরিবনি।

খাউবগা য়েবগা হুন্বগা
তঙাইফদবে তঙাইফদবমক্তা
য়ুম য়ৌহৌদবা য়াদবা
চহী চুপ্পা ৱারুবা-
মতাং চানা লৌশিনহৌদ্রবদি
পুমমাং, করিদি চাগনি লৌউবা।

লৌ থৌবা নোংনা লাকপদা
কোয়চেন চেন খুল্লং নেক
খুঙা নুপা-নুপী অফং- অফংবা
ফক্ হুমায় চৈরোং।

"মাগী ফৌসে খুৎ চত্তে
লোয়বা নাইদে
চরোংনা চুমলিবা মরুনা চঙলিবা,"
কয়াদ হরাও-নুঙাইজবা
মোমোন নোকচবা
পেংবা- মনবা কনবগী
হুমাংমনগী।

ফৌদি লাইরেম্বীনি
ফৌ- ওইবীগী শাইয়োন্নি
কিনা-লুনা নিংনৈ লৌউবনা

ফকথক্তা থাঙ্ মৈ পুখৎনদে
শোইখি লানখিবা য়াওরবসু
লাইখুরুমনৈ, ফৌগৌনৈ।

লৌবুক্তা কেনবা য়াবা কেলহৌরে
খাউবদা য়েবদা হুম্বদা
য়ুম য়ৌরকইদো মরলনি
লৌউবগী, চহি চুপ্পগী
মচা মশু নুপী- অঙাং
চংদ্রবা য়াদ্রবা য়ুম্বানবগী থৌগাই
চানববু লৈরবদি মৈতৈ ব্রাহৈনি,
পোইনুদদি উচিফাও কৈনো তরা লোল্লি হায়নৈ
য়েংউদনা, কয়াদ নুংঙাইরিবা।

অরৈবনা লৈনা য়ুম য়ৌখ্রে;
লৈতবনা ফৌবৈ পৈখ্রে।
"পোৎচৈ পুম্বা তাংখিবনা তাংখিবনা
মীদা মঙাইরে হোংলিবা" পংহায় হায়বনি
হোংদে হোংদে মী হোংদেকো;
শুবা নোম্বা কন্বা মী থিবা ফংদেকো।

লৌউবা কৈ চোন্না হাপ্লবনিনা ফৌ
কুম অমগী ঙাইহাক্তি শ্বর হোন্দোক্উদনা
চরুখোক্ খোঙ্গুল লিবা
উরি-ব্রাউরিবা, ইংথম লাকলে।

# লমদা থাংজ

লমদা থাংজদা
লম্লোং অহুম ফাংবদা
খুন্দোন্দা, শরোই খাংই কুমকাংদা।

য়ুমথোং পাওথাং য়ৈনা
কুমগী অনৌ-অপেন থেন
মনু লাইতাই-হৈবী
লাইওইরবী পলেম ওইবীশিংনা
চহীনা লুমথরবা
লীরুং শারবা খ্বাংদা
খ্বাংচেৎ মচি লাং
চৈরৈ লুখুম চাও
খুবাক্ তাবুং খুনা
নোইনা ঙমতন্না
খুন্নুং পুথাঙ্ পাথাঙলিবু তাংনা
অশৈ তেরান ব্লাইনা শক্লা
শরোই খাংই কুম কাংদা
লমদা থাংজদা
লমলোং অহুম ফাংবদা, খুন্দোন্দা।

পোকসু পোকপা
শিসু-শিবা মীওইপোক্ত তাইবংগী
অপোক্-অশি নোংদম্বা
চীংঙু নরল্কু
খোইয়ম নথৌজালকিবু
পুন্সি চেংজেল কুইনা
পুন্সি মথোই তোংনা

তানথোং লেমথোং থুংনা
মতিক মঙল্ লৈনা
ইংনা তংদু লইতানা
খুয়া তুশিংনা লইবাইনবা
মনু লাইতাই হৈবী
লৈমাইসিগী লাইরোইরবী
পলেম ওইবী ইমাশিংনা
শরোই খাংই
লমদা থাংজদা
লমলোং অহুম ফাংবদা
খুন্দোন্দা কুম কাংদা।

শেংনা খাইনা য়াম
অরাক-অখং তোয়
মিপাই থবাই কুং
রাথৈজিন লালথৈজিন
লম্‌লক্তা য়িমলক্তা
মিরেন-চোয়জাইনরবা
চেনগুম চেনগানরবা
ইরৈবাক্কী মিহুন খঙ্‌না
মনু লাইতাই হৈবী
লৈমাইসিগী লাইরোইরবী
পলেম ওইবী ইমাশিংনা
অরি অনৌ শিন্নবা ঙসিগী
লমদা থাংজদা
শরোই খাংই
লমলোং অহুম ফাংবদা
খুন্দোন্দা কুম কাংদা
নোংজা পাল্লো থৌরী
কুমচা পাল্লো থৌরী।

## ঐগী ইচানা মীগী মচা ওইখিবা
## ইমাগী পাঙ্গনদেম লাল্লো-লাও!

ইরম পোইরৈ চাওবা পুঙ্
ইদু চীংলাই শাংবা য়াই
য়োইনা ইংখোল কুমগাং নোং
অমম্ লইখৈ ফংনা মম
কোরৌ নোংবু খোনবা
মালেম লইবু শিৎপা
লোইজি- লোইয়া নোং
কোরৌ খাকতুম খাক্লা
ব্রাংবল লাওদুম লাওনা
নোংখোং ফুইনা নিল্লঙৈনে
লইনুং নোংখোং নোংলাওশৈ।

কোরৌ শিংবুম কয়ানি
লোইদাম থাবুম হৌখিদুনা
লাংহৈ কুমচা য়াম্লকলে
য়েংঙো!
অব্রা কনাগী ওইনি য়াব্রা খোঞ্জেলসে!

ঐগী ইচানা মীগী মচা ওইখিবা
ইমাগী পাঙ্গনদেম লাল্লো- লাও!

লহান্নোং মোমনু ইয়োং
শংদিং তিং

তেমথেং লাকনা য়ৈ
ইনুং চৈরে ফি শারিঙৈদসু কৈদৌদে।
শংলৌ য়েনশাং মল্লিঙৈ
ফৌসু চেংখল্লিঙৈ
শীংজা ৱাইকোইনা
তরা মথেল লাংলিঙৈদসু
নৱা হঙঙা নাওথেম্না
পলেম খোমলাং মায়োক্লে।
শিয়োম্ নুংগী ঈ মতুম
খোয়জি খাগী নৱা
হঙঙা হেক্ঙাই নাওথেমশৈ।

কোরৌ শিংবুম কয়ানি
লোইদাম থাবুম হৌখিদুনা
লাংহৈ কুমজা য়াম্নকলে
য়েংঙো!
অৱা কনাগী ওইনি য়াৱা খোঞ্জেলসে।

ঐগী ইচানা মীগী মচা ওইখিবা
ইমাগী পাঙ্গনদেম লাল্লো-লাও!

তরা শাইনা নাওয়োকপী
ঙাতোং শেৎনা লাঙ্গোনবী
য়েল্লাং পেরুক হেক্তুনা
শংলৌ মথেল লাং
ফুদিৎ ফৌহাম খপতুনা
চরা নোংখন্নরকপা
মপারী নমদা পো
মমোম থাদা কোন্
অৱা চৈরে কোক্শেৎনা

লাইরা নমখাং মচিলাং
চীংদা কানা শীংচনবী
পাত্তা কুম্না ঙাতাবী
খানলৈ লৌকুম লৌকা হক
ঙাফা শীংচন তোয়বনা
চোয়নৌ মায়থোং লাংশল্লবী
মোৎতাই শুংদাইনরবী
অব্রা হক্ চোকলাং
মপারী শারেপ্ ফাবা তান
মমোম কাংদোং ফাবা ঙাই
মপারী মিকোনশৈ
মমোম থাগোনশৈ।

কোরৌ শিংবুম কয়ানি
লোইদাম থাবুম হৌখিদুনা
লাংহৈ কুমজা য়াম্লকলে
য়েংঙো!
অব্রা কনাগী ওইনি য়াব্রা খোঞ্জেলসে।

ঐগী ইচানা মীগী মচা ওইখিবা
ইমাগী পাঙ্গনদেম লাম্লো-লাও!

## য়েন্নিংথা য়েন্নিংথা
## থৱায়গী য়েন্নিংথা

অৱাবগী চীংজাওনা নম্থরক্লে ইরমদম
অচুম্বা লৈত্রে তমথিবনা নমখ্রে
কাইনবগী অৱাবা মিপাইবনা
থম্মোই খুদিং ওম্‌চাক্লরে
চীংদসু তম্‌দসু মফম খুদিং
মীওৎ মীনৈ খাংঙম্‌দ্রে।

হেয়ো নাহে চল্লবা
চনৈনরবা লৈঙাক্কী লৈহাওদা
মীনা শরোই ওল্লক্লে
তৌইগুম, মচা খুদিং পলেম্‌ পীবুকচানি।
হিংনিংলিবা থৱায়শিংনা
মৈরাম্বী ওইরি মশাবু চাকথেক্লুনা
অনৌবা মায়ওন্দা।

মীনুংশিনা থল্লবা পলেম ওইবীগী
য়াইফা- থৌজালদুনি
খোম্‌লাং লমন শিংঙমদ্রিবা
মচাশিংগী পোন্থাসু
হিংনবু ওইরবসু
থৱায় য়াওদ্রবা হক্‌চাংনসু।
হৈনাদগী খম্বন্‌জরক্‌পা
মথানুংগী ঈ মতুমনি

থাজবা মাঙ্‌দ্রিবা পলেমশিংগী
হাংহৌরবা মতম্‌পাক্লা
হল্লকখিনি ঙাইরিসু।

মালেম লঙ্গুম অখাঙ্‌কনবী
লাইজা য়ীগুম পুক্‌চেল্‌ তপ্পী
পোইরৈ ইচেম-ইনেমশিং
ৱাঙম ইমা ইন্দোনশিং
হক্‌ খোঙ্গাওনবা তোয়
মপারী কাইনা হক্‌
মমোম্‌ কাইনা য়াম্‌
থম্মোয় লকা খাম্বী মৈৱাইরকলেদা।

য়েন্নিং থা য়েন্নিং থা
উপাল-ৱাপাল পুম্বা
অনৌবা ময়োলচোংবা থা
মালেম নৌনা মালহৌনবা থা,
য়েন্নিং থা য়েন্নিং থা
থৱায়গী য়েন্নিং থা
লেপকং কংশিল্লক্লবা মীয়ামসিগী
অনৌবা মীরোলনা চায়রি
মশাগী ঈনা লৈমাইসিদা
থৱায়গী য়েন্নিং থা অমগী।

# লাইরৈপাক্কি ইরৈপাক

ইমা লৈবাক্ অমা
পোক্‌ফম্ শাৎফম
খোয়রিল নাওফম্ তাফম, ইরৈবাক্।
ইমারোল অমা
হঙঙা মিকপ্না
য়াব্রা খোন্‌জেল্ লেনফু ওইবা, ইরোল্।
খুনাই অমা
পোক্‌পদগী শিবা তান্না
থাদোক্লবা য়াদ্রবা চেৎলবা
নুংশিবগী লিপুল!

তাইবঙ্ মালং ফাওরক্‌ঙৈ
পলেম্ ফৈরা তম্পাকতা
ইমাগী খোম্‌লাং মায়য়োক্না
মম্- মম্ কুক্ কুক
তরা চাক্‌ইন্না
হৈনা- হৈনা তাধিংতাধিং
তাইবঙ্ মনুং ওইরকপা
খুত্তা তিংথোকপদা
অপান্বা খুদিং ফংহনবীবা
পুন্সিগী অব্রা-অনা
নুংঙাই- য়াইফা খুদিংদা
ইরোইতা- লোইনদুনা লৈরবা ইপা-ইচাশিং।
ব্রাত্ত পাদবা মহৌশা লৈশেমগী

থক্তা ঙাল্লি তগুপ- তরেং
মশিং লাকঙমদ্রবা থব্বানপিচাক্লা
মায়গৈ খুদিং চীংদোনগা
শম্নখ্রবা অহিংগী অতিয়াদা।
খাদা অযুক্কী উপাল-ব্লাপালদা
অশংবা লৌবুক লমহাংদা
মণি মতুম- মতুম, সনাগী
লৈমায়দা খিকথরি।
চেক্লাশিংগী নুংশিরবা য়াকাইরোল
চীংদগী হৌরক্পা তুরেলশিংগী ইরাওখোল
খোয়থুম্লবা য়াব্বা খোনজেলনা
মায়গৈ খুদিং তাবা ফংলিবা
য়ুহানা হাদবা য়ুচেংনা নিক্তবা
চীংল্লোন্না পল্লোন খারিবা
মহৌশাগী লালবন্নুং
মনিংতম্না লৈজবা ইরৈবাক্
শিবা নাইদবা ইমানি
শিবা নাইদবা মচাশিংগী।

চহী ২০০০গী লংলবা পুব্বারী নিংশিংলি
নিংতম্ লান্ফম্ কলক্নৈ
অকন্-অথৌগী ফিশেৎতা
শাফি-লানফি শেত্তুনা
অথৌবা থাঙ্গী ময়া
তুম্লবা তাগী তাদোন
থৌনা লৈনা অথৌবশিংনা
য়েক্লা মায়রোং য়াখিবা
চিক্লা চায়না চন্দনা
মংফম্ থোংজিন্দা লেপখিবা

পাংদবা অমনা ঙম্বা নত্তে
মংফম্গী ইকাইখুম্নবা ফংবা।
মীপুম খুদিং লাম্মী ঙাক্নি
মফম্ খুদিং লান্ফম্ ঙাক্নি
নিংতম্ লান্ফম্ কয়াদা
লানফম্না পুক্সি ওইবা
নিংতম্বনা থবায় ওইবা
অয়াং অথৌশিংগী
ঈমু-নাইমু তোৎলবা হক্চাংশিংগা
অমত্তা ওইখ্রবা লৈমায়নি
ইকোক্থক্তা থমজরি, লাইবক্ কচ্চরি।

লিক্লম-
লৈবাক নিংবগী তর্পন কচ্চরি
"নিংশিংলি নৌহৌনা
নখোয়গী থৌনা লিংজেল
নুমিৎ থানা লৈরিমখে
খোংজোম লান মাংলবসু
থৌনা লিংজেল মাংদরি।"
থবায় পাম্মুই পাম্মুফদে
পুক্সি নুংশি নুংশিফদে
নিংতম্-ময়াইকারবা মচাশিংগী
থৌনা লিংজেলগী নাপল্
খুনাইসিগী মচৎ তোপ- তোপ্পা।

# ঐখোয়' ইবেতোম্বী

নুং তক্ফমদা, চেক্কোন্দা
মহাজন বাবুরামগী থবক্ শুফমদা
নোংমগী খুৎশুমন্দা
মরু-ময়াং কেমখি ইবেতোম্বী।
মিৎনা শং-শং হেক উবা
ঈশ্বরমক্ ওইরবা
শেলয়েনবা মুহোরী যদুনা
কয়াদা থৌজালবীখিবা
চহী নৌরীবি লুখ্রাবী ইবেতোম্বী।

ঠিকাদার বাবুরামগী
অচৌ-অচৌবা ঠিকাগী
থোংশাবদা, বিল্ডিং শাবদা
নোংমগী খুৎশুমন্দা
নুং লৈঙোই, চেক, বিলাটিমাটি
কোকথোন্নরিঙৈ খঙ্হৌদে
নোংম- নোংমগী কক্থরকই
পুন্সি শিংথেক- শিংথা।
থবক চিনবদা হায়নরিবা
হুমাং তৈথোক্পফাও লাওহৎপিরিবা
ব্রাবনা তপ্-তাবা থবক শুফমসিদসু
ব্রাৎতে ব্রাৎতেনে থৌজানবীবা
চহী নৌনা মপুরোইবা কাইনখ্রবী ইবেতোম্বী।

শেল য়েনবা মুহোরী যদু
থবক শুমিন্নবা মরোল লোনবা যদু
লৈকায়গী মবুংশাবা মৌপ্পা শাবা যদু
সৈত্য! শিজনিংলেদাকো ইবেতোম্বী!

নিংথৌ কোনুংগুম লংলবা ঈন্দ্রি শিংপা
মথোন- মথোনগী সনা- শঙ্গাই
মিলিয়নর মন্ত্রি বাবুরাম
নক্লবা, য়াইতোং খমদোংবা
ফমজাও কোনবা ব্যুরোক্রেট ওফিসার বাবুরাম,
তৌবা ঙম্বা শেনজাও পায়বা বাবুরাম
বাবুরামগী য়ুমকোইবী ওইনা
বাবুরামগী, বাবুরামগী নুপীগী, মচাশিংগী
ফিশু-ফিজাম কোনফেং ব্লাইশিং
শুরিমখৈ লোইনাইদ্রবা শিনফমদা
শয়েং পাম্বোম শিথখি ইবেতোম্বী।
লুখার্ক চাখাক অরেম অপা
মবুক্তি থঞ্জরে ইবেতোম্বী
ফিজেৎ-ফিগায়, ফিমন
শেৎনা ইন্না ব্লাৎতরে, ইবেতোম্বী।
মী মাল্লে মশা নাল্লে, মিৎথকএ
তস! প্রমোসন কারে ইবেতোম্বী।
চিরোনগী মিরাং থাকপা
লৈ কোনতক্ ঙাংবা হৈরকএ
"ঐখোয় সাহেব, ঐখোয় মেম্ সাহেব।"
মব্রা মপুরোইবগী মরুম থুপ্পদি
গঙ্গামপাল তুলসীনি নুপীদি,
হৈনা চৎলু ইবেতোম্বী।

নুংশিবীবা থৌজানবীবা
হিয়াংথাং বরনি, পৌ নমগদ্রাসিবো!
কনাগী ড্রাইভর যদুদগী চপ্রাসী যদু
সেক্যুরিতী যদুদগী হানোম্বা লাকপা যদু
দলালী চাবা যদু, যদু যদু
যদুগী কিউ।
মীনুংশি উৎপা থৌজানবীবা
পনখৈ য়ৌশিল্লকই-
"নচা য়োক্কে ইংখোল লৈগে"
সৈত্য! অসিদবু শিবা য়ারিব্রা ইবেতোম্বী।

তমথিবদগী তমথিবশিংগী মরক্তা
মতমসু অমনি লেপ্লা লৈতে
মনিংতমই কনা হন্না য়েংদে।
লাইবক্তা চহী ইরকই ইবেতোম্বী
মচা পিশক্ পিশকশিং চাওশিল্লক্ই
শেৎপা চাবা নোংম নোংমগী ব্রাৎশিল্লক্ই
পাঙ্গন্না সুম্ ময়েং তারক্ই
ফজবা শক্ কমশিল্লক্ই
খল্লুবদা মমই ইবেতোম্বী
নাম্মতা পান্বা য়ুমবাল।

লম্বীগী চিদায়দা পোৎফম ফমলিসে
ফমনিংদনা ফম্বা নত্তে,
উপায় লৈতদনা খিৎতং ফগদ্রা হায়না
নোংমগী অফংবা মনা-মশিং
য়েনশাং- নাপী য়োনজবনি।
নোংজু নুংশা খাং নুমিৎচুপ্পমা

শেন্দোং খরদংগী খরদংবু লেম্লবদি
চরা নোংখন্নে।
চরদা, শেল্লেপ য়াওদনবু
কদাইদগী শেন্দোংনো ইবেতোম্বী।
ব্লাবনা নপুম থিৎনবনি ইবেতোম্বী।
মীনুংশি খংদেদকো অসুক তম্থিবা।

ঙাইখোদা, সনা কৈথেলদবু মীনুংশি ব্লাৎপ্রা
রিক্সা থৌবা যদুশিংনা, থিনবী নুংতীগী
অমন্বদা খুদোংথিবা থোক্তনবা,
ভারাগী থোইনা থিদে
কয়াদা পুকচেল চাওখ্রবা যদুনো।
সুম থিনজিল্লক সুম থিনজিল্লক
থোংঙান্দগী ইমুং য়ৌরকই
কৈনোদা ইবেতোম্বী চহী মতাংদুগা।

মীয়াম মরক্তা, মী কুংলবা শহরগী
মফম অমদা হেক্তদা
সেক্র্যেটারীতিনা খুরক্ হাংদ্রবা,
মন্ত্রি বাবুরামশিংগী বঙ্গলোদা
ওফিসার বাবুরামশিংগী ওফিসতা,
শেঞ্জাও পায়বা বাবুরামশিংগী
কারবার মফমদা, য়ুমদা
ফুৎ ফাওজিল্লকই ইবেতোম্বী
নাকন্ নাম্মতগী ওইবা খুৎ তিংথোক্লে
বোম থমলৈ
হোই মাইগী মফম্ লৈতে
মতম পীদে।

সিনি-সিনি খাংলক্লিবা ইবেতোম্বীনা
পুবা থাংবা ঙমদ্রবা
নাক্ন-নাম্মতগী ওইবা খুৎ তিংথোক্পা
হোৈই মাইগী মফম্ লৈতে
মতম পীদে।
মৈ হৌরবা থবাক পদ্রাক
চুগুম, তারবা হকচাং পোলাং
কপ্লুদুনা কৈদৌনি হিংলিনি
ইবেতোম্বী, ঐখোয় ইবেতোম্বী।

# ঐ কপ্‌নিংই

ঐগী তুরেল মচাসে
সুম পিকশিল সুম পিকশিল্লক্‌
কংশিল্লক্‌লেদা ঈচেল,
অমোৎ-অকাইগী চীঙ্‌দুম নিংখাইদুনা
অপুম্‌-অশাগী নমথিখোং ওইবক্‌লে।
নুংশিদা, থরোই মহিগুম লু[illegible]
নম্বুল্‌ তুরেল!
সিঙ্‌দা নাওশংয়িদা
লুরাংয়িগা য়িতিন্না
খোং অয়ুংবনি, ইরাৎ থৌনি[illegible]
থোইদোক্লা, কিনা লুনা [illegible]তৌনবম্বনি।

ঐগী পিক্লবা লম্বী
চুমাদ্রিং চুম্বা
য়াহৌবগা কংলা উবা
অয়ুক্‌ খুদিং লাইবক কচ্চরিনা [illegible]
নৈমাপোকপা কৈরুংবা ম[illegible]
উবিপোক খোংশায়াল নুংশি[illegible]
মী চিনবা সুম হেনগৎলকলি।
অয়াক্‌পা হোবন য়াঙ্‌না থৌবা
গাডীগী মশিং লেপ্তুনা হেনগৎলকলি
লম্বীগী নাক্‌ য়েক্তনা
নুংগী চেক্কি বিলডিংসিং
সৌগি[illegible] য়ুংখৎলকলি,
মকালা[illegible]
[illegible]

মতম অমদদি
ঐগী তুরেল মচাসে
ইপাল থাদদি মঙাওথীখ্রে
তোরবান তোইনা পাখোক্তুনা
যুম হেক হেক থুমহল্লি
ঈচাওগী থোইনা খল্লুদে
তাকয়েল, লম্ফেলদা পাশিনবা ঈশিংনা
যুম থুম্নবসু কুইদে
থুনা হেক্তা হন্থখি।
হাওরা হাওরবা ঙা
কুম অমনা শরেংঙাক্তো
কুম অমনা পেংবা ঙাক্তা
ময়াংলেন কোরী কাবা
উকাবী ঙাক্তগী কুম
ঙাক্রো ঙাম্নু পোযোংগী কুম
ঙাহৌ খাবক থরাক
কুম-কুমগী ঈ কারকপা ঙা।
ঈশিং মপাল তাবনিনা
অঙাং ওইনা ইকোইকা হৈনৈ
নুপা নুপী খিদনা
ঈশিং থোইনা কিনদে
ৱাগী উঙাম থারকপা
চৈনা চৈনা তোংখি ঐখোয়:
নাওরেমথোং ফাওবা তোংলগা
খোংনা অমুক হল্লকই।
শলগাড়ীগী গুমতীগুম মথক কুপশিনবা
চফু- ঙাংপুবা হি. যাম্না তোংনিংখি
তোংলা কাংহনতে।

চুম্মীনে, মতমদো নাওরেম ফাইবোকথোং
উনা শারগা ঈনা মথক কুপ্লম্ই
ঈশিং চাওমনখিবনা থোংখা লিৎপা য়াদদুনা
ঈচেল হঙ্গৎনা হোনবা চফু পুবা হিসু
ঈচেল তুংইন্না তাউথবা ব্নাগী উঙামসু
নাওরেমথোংদা ফাইদুনা লৈ।
মহৌশা লাইরেম্বীগী
থৌজালগী পুক্কে-ওইবা
নম্বুল তুরেল, ঙসিদি,
সনাগী মরুম অমুক কোকখিদ্রে।
নাওয়োক নাওকোনবীরকপী ইমা নংগী
নথাদা, তোরবানগী লৈঙোই শেক্তা মথক্তা
নিংঙাইদনা য়াতারনি নোংমদি।

ঙাকপী শেনবিদ্রবা
ঐগী লম্বী
ঐগী তুরেল
ঐগী পুন্সি, উম্!
ইশানা ইশাদা ঙাকপিবা নিজদুনা
য়াংনা হৌখি, নুংশিবীবা
কনাগুম্বনা হংলক্পগা
হরাওনা নোক্লদুনা খুম্মী
নুংঙাইজরি।
মদুনা কদাইফাওবা চুমলিবা
ঐ কপনিংই ঐ কপনিংই।

## লম্‌ফেল পাৎ

পোক্‌পদা ঙাইরিবা
অঙাংবা নুমিৎপু থেমদুনা
অশংবা লৌবুক্তা কেনখিনি কিনা
লিরি শিৎলি নুংশিৎনা।

শক্লোন পুবা নোংখোং তম্বা
অপাইবা লৈচিনগুম
মায়গৈ ফাংনা
মচোয়- মচোয় লাকপা
মচু কয়াগী শমোকশিংনা
শল্লুপ ওইররি
চীংয়া তম্বা পাত্তা লম্‌ফেলগী।

কাওরেল শুনা শঞ্জাপুঙসিদা
শাৎলম্মী অখাঙ্‌কন্‌বী লৈরাং কয়ানা
শজিবুগী অকনবা নোংলৈ নুংশিত্তসু
কুমজা'মত্তবু কাংদনা।

কয়াদা নুংশিজখিবা ঐনা
ঐগী পোক্লফম লম্‌ফেলবু
তাইবঙ্‌ মীরোল খংঙকঙৈ
অদুম নুংশিদুনা লৈরমলে
পলেম-ইমা পোকমাবিগুম।

অনৌবা কুমওন্না লাকপদা
অমুক্‌ উখিদরে লমফেলদা
লাংবল কাওরেল শল্লুপসু
শিদ্রিবা মিৎপু মিনম্‌দুনা

তাক্‌খ্রে লৈরাং কোল্লুপসু।
চীংলোল্‌ থুংনা হেনবা লৈ,
লম্‌ফেল, নৱানি তেংথানবা,
মপান নাইদবা মচুগী লৈরাং
ঙম্নমক্‌ মাংখ্রে, মাংখ্রে
থরো, থম্বাল থারিক্‌থা।

চীংয়াগী ইফুৎতা
উনাদা কন্‌দুনা খৌরাংবা কোক্‌খিবা
লোক্কী খোইথুম্ল ঈশিং;
অথাপ্পদা, শনশেন নহাশিংগী
খোনজেল ৱাংনা
নুংঙোল ঈশৈ;
চীংনুংগী নিংনিং খোন্থাংলক্লো
করিগুম্বদা ঙাতাবীশিংগী
তাম্না খোঞ্জেল;
মঙ্‌লানপানগী ওইররে-
খোইগী মমুগুম চৈনাদি ফাওই
অদুগদুম. তুমিন লৈবগী অৱাবদা তিনখি।

“লম্‌মৈথান্‌বী তোয় তোয়
হংগেল- পৌরা কিৎ কিৎ”
চরৈ নাহোংসা
মালৌ থুপকিনানা
পন্থৌ’ শমু নমদা পো
পলেম থাদা কোন্না
অকি তুজুং হরাওবা
মিৎকি পিনা খৈরেদো।

লমফেল লঈমা ইবেম্মা!
অহিংসে সুকসুনা মমখ্রে
থক্‌খা খোনবা অচিক্‌পগী
তমথিরবা খয়াৎনুংদা

লিলনা হঙঙোই য়োৎপগুম
য়োৎসিল্লকলি তেংথাখোল।

ব়ারোক্কী কোংয়াং ব়াপলন্দগী
চীংয়া কোইবা মালংগী
তৌদ্রি পেনা নুংশিবা
ঙাইনা ঙাইনা খাংঙমদবা।
লৌরোক্ থানা লোইখ্রগা
কাংথক্কী লৌবুক-লমহাংদা
উচিথেম্বী উচেক্লা
কোরৌ নোংলাংপান্দগী
মশা খপ্লা-খপ্লদুনা
নাশোন পিক্লা
মখুলদগী উচি কৌথোকলি

"চিবা মৈশাংবা
লইশোম নিংঙোলবী নমানা
কৈথেল ঙমোক থারকই"
পলেম মিংখৈদা ঙাওজবা
পিক্লিবা উচি মচাশিংনা
মখুন্দগী চেন্থোরক্ শাদানশা ওইররি।

মো মো খোংনা চেন
শনবীনা থিবরী
ঙসিগী অয়ুক্তা
চরোৎ হাপুঙদা লোৎলম্বা শন্নাও
লম্মৈনা ফিবান ব়ায়রক্ল লম্ফেলদা
অশিবগুম লেংদনা তুমখুল তাল্লিবা।

লমফেল লঈমা ইবেম্মা
পলেম তম্ফা তম্ফানিকো ইমা-ও
হা তম্ফা তম্ফা য়োইহৈবী ইমা-ও।
উখিদরে, উখিদরে, কলক্ই।

# মঙারক্ কানবী

মঙারক কানবী
মিংসিনা ঐবু ঙক্হন্খি
পুমঙক্ ঙকহনখি
পুমঙাও-ঙাওহনখি
কোক নোন্না কপ্হন্খি।

মঙারক্ কানবী
মিংসিনা ঐবু কিহনখি
খোইরাংহনখি খোইশাওনহনখি
নুঙনাঙবগী খাঙবা ব্রারবা চৈনা পীখি
খাঙ্ঙমদনা, পাম্বে লৈতনা কপখি।

মঙারক্ কানবী
মৈদিংঙু পাল্লিঙৈগী
অশি' লোয়থাফম্নি
নরক হায়বদু' সিনি
হায়নৈ অহল-লমনশিংনা।

শুক্খ্রবা চীংগোন্নি
তমনৈ কিনৈ অয়ুক্ নুংথিন্দফাও
লশ্বী হায়দু লৈতবা
চীংনুংগী চোৎচোৎ লাওবা
নারক মোংশোং
থাপলিঙৈদগী হু- হু শিৎপা

নুংশিৎনা পুরকপা
শাহিং ঙাহিং
অপুম-অশা মনম
নমথিখ্রবা
শদোং মচেৎ মকাই পক্পা
মীগী শরু শয়াং মপৈ-মপৈ
লৈশৌ চারবা লৈবাক ওল্লক্লবা
শরু কয়ামনা ইচায়- চায়
তেক্ কাইরবা
লুকংদগী নাম্থোক্লবা
য়াংলেন শরু, শরু পোলাং
কোক্কী তুম্বা
মিৎকী অমম্বা চগো
খি- খি খিগৎপা
য়া পরেং।

মঙারক্ কানবী
মরোমদোম শিজবা লংথোক্ফম্
থৌরিয়ান শিবা লংথোকফম।
মথন্তা শিজবা হৌনদে
পোৎলোয়নদে, থৌরিয়ান শিবা
মঙারক্ কানবীদা লংথোকনৈ
থৌরি য়ানশিবা য়াম কিনৈ
য়াম কিনখি মঙারক্ কানবী।

গনক্ লৈশাবী পেমচা
মশক্ মতৌ ওম্থোক্লা ফজৈ হায়
বড়াচাওবদু নিংথৌ খনবনি
লৈবাক ৱাথোক্ ওইখি হায়।

অব্রা পোলোয়নখ্রবী পেমচা
মঙারক্ কানবীদা লংথোকখি।
ও! শাহিংচাবা লম্লক্কী শানা
মচেৎ মচেৎ শেত্তুনা চারিনি
তগৎ-তগৎ তেকপা শাদোংদু।
বড়াচাওবা খুল্লকশা!
কনামত্তা চিন্ কাংথোক্লখিদে
থম্মোয় খুত্তুম শুদুনা
মিৎকী পী থকখিবনি
অউবশিং অতাবশিং।

ওন্থোক্‌ইদা!
মীরোল্ কয়া কয়াদগী
কিনরবা মঙাবক্ কানবী
ব্রারীদ ব্রারী ওইহৌবে।
অদুবু মঙারক্ কানবী
মিংসিনা ঐবু কিহনখি
কপহনখি নুংনাংবগী
খাংবা ব্রারবা চৈনা পীখি।

তাবিদ্রবা ব্রাকৎ শিংনরি, ঙসিসু:
লিংজেনথোইবী পেমচা চা কয়ানা
মরোমদোম থব্রায় থাদোক্তুনা।
কবিনো তৌদোইসিবু মীবোলসিনা
করি থাজবা পীদোইনো
করিনা মবুক লোয়হন্‌দোইনো
করম্‌নো করমনোদা
মঙারক্ কানবী।

# তপ্তা লাক্লে

তপ্তা করিনো?
ময়া শীংজং মমিৎ মৈবুল
শাহিংচাবা হিংচাবরা?
মীশা চাবা উচেক অচৌবা
কাক্‌য়েন মীঙম্বা হায়দুরা?
অঙাং ওইরিঙৈ
তপ্তা করিনো খঙ্‌লক্‌তে ঐ
ৱারীদি তারকই;
করিনো করিনোসু খঙ্‌দনা
য়াম্না কিরক্‌ই তম্লবাই তপ্তা।

তপ্তাগী ৱারী লিগে-তাও,
ঙসিগী ঐখোয়গী অঙাংশিংসে
তপ্তাগী ৱারীনা নুংঙাইহনবা ঙমখিগদ্রা?
'তপ্তা লাক্লে'
ফুঙ্গা ৱারীনি,
খুন্নুং ৱারীনি,
কনানা করম্বা মতমদগী
লীবনো খঙ্‌দবা ৱারী
লৈশেম খুনশেম নৌরিঙৈ
খুন্দা লৈতা ঙল্লিঙৈগী ৱারী।

থাইনা মমাংঙৈদা,
খুন্দোন্দা, য়ুমদোমপোক্ ওইনা
মল্লবা শগোল্‌শঙ্ অমা লৈরম্মী।

শগোলশঙ্ অদুদা শগোল শংবা নুপা অমা
নুপী অঙাংগা লোয়ননা লৈবোইরে।

নোংথি- নোংমংবা থামম্বা
অহীং অমগী ৱারীনি, মুন্না তাও অঙাংশা।
অমম্বা অহীংদুদা
শগোল্ হুগে লাকই হুরানবা অমা
শগোলশঙ্গী কোনফৈদা কাদুনা লোৎলি,
ইমুংদু তুমথখিবা ঙাইদুনা লৈ।

ইমুংদু তুমথখিবা ঙাইদুনা লৈ,
শগোল, চাগে লাক্পা কৈ অমসু
শগোল মরক্তা চঙ্দুনা থুপলি।
ইমুংদনা অঙাং নিংঙাই তৌদুনা কপ্লি
মমা-মপা চঙ্দুনা থেম্লি।

"কৈ লাক্লে তু কৈ লাক্এ"
কপ্কনু থেম্মী থেম্ন-থেম্ন
হেন্না হেন্নাদুম কপখৎলক্ই।
"হায় কৈ, ইবুংঙো কপ্ত্রে
চৎখ্রো চৎলুনে হায়"
অদুদসু কপ্পা তোক্তে অঙাংদো
মরৈ শাংখ্রে,নিংঙাই চাওখ্রে
মমা- মপা অনীমক্ তুম্বা ফংদ্রে।

"হুরানবা লাকলে তু হুরানবা লাকএ"
কপ্কনু থেম্মী, থেম্ন- থেম্ন
হেন্না- হেন্নদুম কপ্খৎলক্ই।
"হায় হুরানবা ইবুংঙো কপত্রে
চৎখ্রো চৎলুনে হায়"
অদুদসু কপ্পা তোক্তে অঙাংদো

মরৈ শাংখ্রে, নিংঙাই চাওখ্রে
মমা-মপা অনীমক্ তুম্বা ফংদ্রে।

"তপ্তা লাক্লে, তপ্তা লাক্এ হৈ"
অঙাংদু কপ্পা খংতোক তোক্খি
"তো-তো তপ্তা লাকএনে
করিনো তৌদৌবা,
তুমিন্ লৈয়ু কপ্কনু।"

শগোল মরক্তা থুপলিবা কৈদো
কিবনা লোয়রে, নিক্লে মাসু
ইমুংদা অঙাংথেম্বদু
লোয়না তাই,
কৈ লাকলে কপ্পা তোক্তে
হুরানবা লাক্লে, কপ্পা তোক্তে
তপ্তা লাক্লে হায়রগদি কপ্পা তোকখ্রে
তপ্তা হায়সিবু করিনো
তপ্তা হাযদুনা ফাদ্রিঙৈদা
ঐ মক্তা চেলহৌরগে,
শগোলশঙ্দগী হোৎতুনা চেপ্পোরক্ই কৈ।

শগোলশঙ্গী কোনফৈদা লোৎলিবা হুরানবদুসু
ইমুংদা অঙাং থেম্বদু লোয়না তাই
কিবনা লোয়বে, নিকলে মাসু।
কৈ লাকলে, কপ্পা তোক্তে
হুরানবা লাকলে কপ্পা তোকতে
তপ্তা লাকলে হায়বগদি কপ্পা তোকখ্রে
তপ্তা হায়সিবু করিনো
তপ্তা হায়দুনা ফাদ্রিঙৈদা
ঐ মক্তা চেলহৌরগে

শগোলশঙ্গী কোনফৈদগী
ফন্ চোংথরক্ই হুরানবা।
হুরানবনা চোংথরক্পদা চপ-চানা
চেন্থোরক্ইবা কৈদুগী মথক্তা তারুবে।
অনীমক্ খংপ্রেক খংই, শ্বাই লাওই।

"তপ্তানা ফারেদনা ঐ ঙসি"
কৈদু মথৱায় খুবাক্তা হাপতুনা য়াংনা চেল্লম্মী।
হুরানবদুসু 'তপ্তানা চেল্লেদনা ঐ ঙসি'
হায়দুনা, কৈদুগী মঙক্তা চেজেৎ কোন্দুনা নপলি।
অমম্বা অহীংদুদা নোং মরক্তা
কৈদু য়াংনা চেল্লি, খল্লি;
লেপ্পা য়াদে
হেক্ লেপ্পগা চাখ্রনি তপ্তানা।
হুরানবদুসু চেৎনা নপলি, খল্লি,
তাবা য়াদে
হেক তাবগা চাখ্রনি তপ্তানা।

অনীদু অমনা অমবু তপ্তানি খনদুনা
চেনবা লেপতে, কোনবা থাদোক্তে
চেনখিসনু নোং মরক্তা, নোংঙানবা ফাওবা।

নুংশিববা অঙাংশা!
ৱারী মখানা মখানি
শামুনা তানগে তাল্লসনু মঙ্দা
তপ্তা করিনো?
ময়া শীংজং মমিৎ মৈবুল
শাহিংচাবা হিংচাবরা?
মীশা চাবা উচেক অচৌবা
কাকয়েন মীঙম্বা হায়দুরা?

অঙাং ওইরিঙৈ
তপ্তা করিনো খঙ্‌লকতে ঐ
ব্রারীদি তাবকই
করিনো কথিনোসু খঙ্‌দনা
য়াম্না কিরকই তম্নবাই তপ্তা।

"তপ্তা লাকলে" হায়বদি তারো
অমম্বদা (নোংয়ুবগী) তপ্- তপ্ তাবা
নোংলিক মখোলদুনি,
নোংতাবক্লে নোং য়ুথরক্‌লে
হায়বদু য়াম্না হৈশিংনা
চানবা ব্রাহৈনা
"তপ্তা লাক্‌লে" হায়দুনা
অঙাং কপ্পা থেম্বনিদা
ইমালোনগী থোইদোকপা মতিক্‌নি।
তপ্তা করিনোদি খঙ্‌লেদনা।
মসিসু য়ুমলোন্নবা লৈবাক্কী
ফুঙ্গা ব্রারীদা থেংনরুবনি
খংঙকান্দদা খংবনি
খংদ্রিঙৈদদি, ইমারোলনি হায়দে
খংদেকো।

# ঐনা শিরগা ঐগী থৱায়না

ঐনা শিরগা ঐগী থৱায়না
লমখুনু ওন্দুনা পায়বদু
ঐনা উরম্মী।
অশিবগী লাইনা হংলক্ই
"পুন্সি থাদোক্লম্লবা
নশক - নমিং লৈত্রবা নংনা
চৎলিবসি কদায়দনো হায়বদু
নহাক্ খংলবা নৎত্রা?"
ঐহাক্লা ঙক্লা য়েংলম্মী।
থুনমক্ মখা তারক্ই,
"তাখো, নংবু করিগুম্বদা
অমম্বদা শগোল তোংদুনা চৎখ্রবরা"?
"অহোই ইবুংঙো" হেক খুমহন্নিংই।
"অদুদি, নংগী মিত্তু উইশিল্লু।"
ৱাঙাংদুদা য়াথং য়াওরম্মী
ঐগী থৱায়না হায়রিবদুমক্ তৌবম্মী।
ঐনা শিরগা ঐগী থৱায়না
লমখুনু ওন্দুনা (মমিৎ উদনা) পায়বদু
ঐনা উরম্মী।

"কৈদৌরে"
খোঞ্জেলদুনা অমুক্ হংলকই,
"নং নংনা তৌজবনা নং নংনা ফংজবনি।"

"লম্বী লম্মাংনরবরা তৌরিদুবো?"
হংনিংখি।

"পুখ্রি মপানসিদা
লৈহাও পাম্বীসিদা তোংদুনা
লৈরগেরা নংবু?"

লৈহাও পাম্বীসিদা ঐনা
শগোল পুনখি হেক হেক
অদুগা, পুখ্রিগী সিড়ি থাক-থাকসিদা
ফমদুনা, অমম্বদা ঐনা ঙায়খি।
পুখ্রি মপানসিদা ফমদুনা
লৈহাও পাম্বীসিদা ঙাদুনা কয়া
ঐনা ঙায়খিবনি অহিং- অহিং খৌরাংনা।
ঙসিনা করিগী অমুক
ঐগী থৱায়না
মফমসিদা লাকলিবা!

"য়েংউ, তারুদনা
আদগী শুমাংসিদা অমুক্তংদি;
অদুগা খোংলম্মুদনা নুংশিনা
কুক্ ক্রু কু কুক ক্রুকু।"
অশিবগী লাইনা হায়রকই
ঐগী থৱাযনা হায়রিবদুমক তৌরম্মী।
ঐনা শিরগা ঐগী থৱায়না
লমখুনু ওন্দুনা খোংবদু
ঐনা উরম্মী।

"কৈনোনে, নুমিদাংৱাইসিদা
কয়াদা নুংশিনা খোংলিনোনে
লমখুনুসে।

থুক হেক লাউইদা
লৈরমখো, ঙাইখোকো।"

"খোঞ্জেলসি কনাগীনো হায়বদু
নহাক খঙ্লিনি
নহাক্তা পাল্লবদি, উইশিল্লিবা
মিত্তু পাঙ্থোক্পা য়ারনি।"

"থৌজানবিবনি ইবুংঙো"
ঐনা খংহৌদনা শোনখি
থম্মোয়নুংদা থাগৎখি।

"মানা থারিবা চেংসি
মরু খরদংদসু খুনখোদনা
তেংকোত্তগী ঈশিংসি
য়াউম্ অমত্তংদসু থকখোদনা।"

"ঈশিংসি থকপিয়ু
চেং মরু খরদংদসু খুনবিয়ু
নোঙ্গাখ্রবা থরায়শিংগী
অরাম খৌরাংবা কোক্লবিয়ু, কৈদৌবগে
ওহ! মমিৎসু তাংলমাল্লেনে!"

চেং মরু অমত্তসু খুনলমদনা
ঈশিং মরিক অমতংদসু তংলমদনা
উইশিল্লিবা মীৎসু পাঙথোক্তনা
ফ্রং পায়খ্রে।
হন্দক্তি ঐ খাংদুনা লৈবা ঙমদ্রে
খোঞ্জেল থোক্লা হিক-হিক
কপ্লমই।

# খোঙ্শাল্লিবী

ইপাম শেল্লোয় চীং ইখুৎশা
তকুপ্চীং অো
লংমাই লঙবা চীংঅো
তরঙ্ চীং
শেল্লোয় সনা হৈয়াই চীংঅো
পলেম-পন্থৌশক্লা
নমোম লাইবক্ চাওবীবু
নাওয়োক্ নাওকোনবীরকপা
পলেম- লমন, পান্থৌ লমনসু
শিংঙম্দরে নমোম্না, ব্রারৌবিগনু।
ঙসি কৌবা নোংদগী
নমোম্ তোল্লবীদি
ইপাম লমদম থাদুনা
ইথংলেন্না লৈবা লম
পোইরৈ সনাপুঙ্ময়াইদা য়াংগোইরগে।
ইপল্ শেল্লোয় অয়াওবা
ইদু লংমাই নুংশিবা - অো
পেতঙ্ঙা লৌথিবীবু ঙাকপিয়ুকো।
নুরা হক্লা চোক্লা
সমু মরু লুক্লা তেংথা মীকপখিয়ে।

মরম লমলেন্ মদাইমা
মপল্ শেল্লোয় চীংবু তুংওইনা
য়িরিল্ তুরেল্ নাতৈনা
কোংবা তুরেল্ শম্না

কংলৈপুঙ্বু য়িনতাল্লক্লে।

“চীং মিংমানগী য়োইরেলবা
তম্মিংমানগী য়োইঙনবা
সেলোই য়িয়ুমনাকপু
থয়োং লোকমাই হেল
সদু চীংলাই ঙান্না নুংশাবা - অো”
কংলৈ মৈতৈরৈমানা ৱাই কৌবা হায়ফরোই
লহান্নোং মাঞ্জা শমু মেনলোং মখুৎখুন
শমদিং কিশি কিরম্ববু, শমু খুৎখুন হোংদ্রিদা।
“ঙাইহাক্তদি ঙাইবিখো অো
চীংঙু নঙ্না অমম্ লৈখায় তাদ্রিঙৈ
মাঞ্জা মরান, শঙ্গাই য়ুমজাও চংহৌগে।”

খোংকাপ নারৈ কুংনা থাং
খোংথাং খুদিং খাম্বী মৈহৌ
নৌরিবী নুরাদো অশাবা নিংশা
ফুইনা- ফুইনা
খোংকাপ নারৈ
কুংনা থাং খোংশাল্লক্লেদা
মাঞ্জা মকা তম্না খোংশাল্লিবী।

ৱাংখৈ পন্থোংদা থুংলরবদা
মৈতিংঙু মতাইরেম পোইরৈ থোঙসঙ্বা
ৱাঙম্ থোঙ্ঙাকপনা ঙক্না নোন্না হংজরকই
“নোংপোক শিংকারোং শম নম্ঙানবী
চৈরৈ লুখুম চাওবী, তৌইগুম
মোমনু নুরা লাংজেং মথোক্লক্পী
ইমোম মানবী, হাওবী নংবু কনানো

ৱারম করি লৈবগীবু
শঙ্গাই য়ুমজাও তম্লকপনো
তাংলৌ মতম্ চাদ্রেদা।"

চেংলৌ মপুংফা
শকথোং মঙান নাইনা
পাউমেল্লকই, লংমাই পেতংঙানা
"কংলৈ স্না য়োইকোন্নুংগী পনঙাক্পা
মৈদিংঙু মদাইরেম্ অয়াংবশিং- তাও অো
লহাননোং, নুজা খোয়মা ঈহৌরকঙৈগী
নুরা লাংচেং ঈকারকঙৈগী
ইপন ফৈবা তাজিনথক
ইদু লোক্লৌ তুজিনথক্কী লম্ওক্লবা
লোযদাম য়াৱা থাপুবৈবু
লৈবাং হান্না খঙ্নবা
থংলেন ৱাবাংখাল
শেল্লোয় নুয়িল্লা
লংমাই তেংনা যিমগাবা
তম্বা 'মাবু লৈযে।"
"পাখং মানা কংলৈ মেন্দ ফম্ফল্লবগী
ফলাং মৈ তোংলবগীবু
লাইরেল মানা পামজবা
ইপল হাওমন নমপাক্পা
তাংখুল্ পান্পী নিংপাক্পা
থাংযি চংইন অকুপ্পাবু
চামলৌ চেৎনা লায়োমশা
খুদোল তমগে হায়দুনা
লাইরেল সনা মখোঙ্খাবু ইন্তাঞ্জরকপনি"।

পেতংঙা নুংশি মপাওমেন্ খোলগীবু
মৈদিংঙু মদাইরেমশিংনা
খুফাং চাংজৌ চেপনা লোন্না নোল্লে।
তৌইগুম লিক্লাই সনা মখোঙখাদা
পাওকৎলুখিগে
লাইরেল সনা ময়াথং
কোল্লোয় মতিনমেনগীবু হেনফদেয়ে তঙাইফদেয়ে
হায়না মদাইরেম খরনা চেনখ্রে।

খরগী নাতৈ চৎলবগা
য়োইবু য়োইহৈবী নিংথৌ পোক্পী
মৈতৈলৈমনাচিংবী ইবেম্মা
লাইৰোইপীশিংগী লম্বীদা থোক্লুরে।
করিনো করমনো পাওহংলে।
" চৈরৈ লুখুম চাওবী
মৈপুল হাইচাও থানবী
পলেম মদম মানবী ইমাখোয়
শমলা লংমাই নিংথৌ
ৱামৈ লান্থাবগী মমোম
অচোং য়ুমলেম্পম্ চনু
য়োইবু নহইরোই পেতংঙাবীনা খুরুমজরিয়ে"
হায়না খোইথুম্লবা নুংশি য়াৱানা নোল্লে।
ৱারম্ পুম্বা তারগা ইপেম্মাশিংনা,
"মোমনু নুজা ওইবিশিংনা
নুরা খোঙ্না থোঙ্না
মথংলেন কাদা চংহৈদে
খংউ, নিংথৌকাদা কৌশিন্দনা চংফদে"
হায়দনা অমুক থিংবিরে।

“শেল্লোয় সনা হৈয়াইচীং
লংমাই ব্লাংবা তরংচীং
ইপাম্ অচোং য়িম্লেম্বা ইরান্দা
ব্লাঙ্গোন নিংথৌ নুয়িনলা
লংমাই তেংনা য়িমগাবা
শরী ব্লাশক্লম্লগা লংমাই তুংওইনখিবা
কোরৌ নুমিত্তুদগী
অশি লায়থুং তান
লৈরাং লৈখায় থাপনা
ইদোম নোংথোইরবী ঐহাক্লি।”

উচান শিংচেপ মৈরা
মৈবুন হাইজাও থান্
চীঙ্জাও লম্মৈনা
য়াওরৌ শারম থৎপগুম
লেঙদনা লৈখ্রেদা লাইওইবীশিংদো।
“ঙসিনা লংমাই পেতংঙা
হয়েংনা কনা পেতংঙা।”
মৈশা লাংলক্লে য়াওরৌ শজিগুম
মমিৎ মনা তথক্ তথক্লা
য়াংলৌ লমখঙদনা
লমদাংসাংনা খোঙ্শানবগী
অব্রা হকচোক লাংবনে
“কৈদৌবগে পলেমখোয় য়াংদৌ লম্বী থাবিরোদা”
হায়না নোনজৈ।
হি: করিনো তৌরিবসিবু হায়না
মিৎস্লা তরং ইব্লাংহৌ

সমু মরু লুক্না মিকপখিয়ে।
"পলেম মদম মানবী ইমাখোয়
নবুকথোক্কী নমোমনি খনবিদুনা
মৈদিংঙু ঙাংলৌ সনা মখোঙ্খাদা
অমুক্তদি খুরুমজগে।"

"শমলা লংমাই নিংথৌ চনু
চিন্‌বাম্থোংগী য়াৱাদি
চীংজাও খোইরেল হীগুম খোইথুমনৈ
আ! নুরা করি খোয়নো কলকয়ে।
অদুঙৈ শেল্লোয় নুয়িনঙৈ
লংমায় তেংনা য়িমগাঙৈ
অচোং য়ুমলেম্বা নরানয়াইদা নৎত্রা
শেল্লোই পুম্না লংমাই হুপ্না
মৈদিংঙু য়াইবী লৌগে তেমশিংবা
লাইরেল লুরেল্ কক্কে থৌরাংবা?"

"চুম্মী, অচোং য়ুমলেনবা
মোমনু ইরানযাইদা
ৱাঙ্গোন নিংথৌ নুয়িলঙৈ
লাইওইখ্রবা ঈয়ু
লাইরেল মৈদিংঙু মঙাইরুক্কী
নাগা মরুদা, কৌবা লাল্লুমঙৈ
শেল্লোয় পুম্না হুপ্না
লংমাই পাক্না তায়না
চীংশাং খোকলোয় হৌনা ৱাতাথিরে।
ইপল্ ৱারক ঙমদরে
ইদু থৌখাম্ ঙম্‌দরে

তৌইগীদি,
খুদোংথিরবা অমম্বা অহিংদুদা
নুরা শংলৌ ইথৌরাংনা
য়েল্লাং ইঙম্দম্ অরোনবনা
লাইরেল থবায় কনখিবনিকো ইমাহোয়।"

"মদুনা নুরা নতোম্নগী য়াবানি
লৈবাক বানা তায়বোন্নেদা;
লৈমা নিংথৌ কাদি
ফিজি ফিনা নেৎলবদি
থবায় য়াইবী লৌবনি।
মোমনু শমলাং ওইরোম লৈবনিনা
য়াইবীমক্তি লৌফদে
চেংলৌ শককোই হেনবী নংগী মিৎ হনবসু পামদে।
য়োইবী ইহুরোই লংমাই পেতংঙাবী!
হল্লো, নহাক নপাম লমদা হল্লো।"

হন্না হন্না ফুদোংলবগা
হেন্না হেন্না লংলকপা
শকথোং মঙাল নাইরবা
সনা পুমহৈ ওইরবা ইবেম্মনা
মেংনা পাউহম্জরকই,
"খুদোংথিরবদগী থিরবা
অমম্বা অহিংদু হৌখ্রবসু
মথংগী অঙানবা অয়ুক্নুনা
নুরাগী মথোক্লকপা পুক্সিবু পুবিখ্রে।
শগাই লেংথোং নাদুনা পুরকপা
থবায় য়াওদ্রবা লংমাই ঐগী
ইপা-ইতোল, ইবুং ইপ্বাশিংগী
ইমু-নাইমু তোৎলবা হকচাংশিং

খঙঙু, মিকুপ্পুদা
মোমনু নুজাগী মপোক্তা পোকলুরবী পেতংঙাবী
ঙাকপিফম থোকত্রবা ইরাল লংশিঞ্জবগুম
মালেম লেপত্রে হায়বমখৈ
থক- খা ওন্না খাংখিবনি।
শুক্লা মল্লবা য়েংথিনবগী অহিংদুগী
নাকন্ অমদা, থোক্হন্নিংদবা থৌদোক্কুনা থোক্লমল্লবদি
আ: ইচিলসিনা পলহৈদে তাবীয়ু
লমন্ খুম্বগী মৈনুংদা উৎ ওনখ্রগদবা
মরুফাওবা খুনবা ফংদনা মাংখ্রগদবা
তুবী থমং লৈমচা ব্রাঙ্গোল নিংথৌ অদুনা
ঙসিদি, কংলৈ ফম্বালদা ফল্লরে
পোইরৈ ইনিংথৌ ওইররে।
আ-লম্জাও লম্মৈ চাক্পগুম
ফম্বাল (কাবগী) পাও অসিনা
লংমাই থুংনা শেল্লোই শিন্না চাক্লক্লে।
লাইওইরবী পলেম মদম মানবীশিং তাবিয়ু
তকলৌশিদং শোন্দুনা খাংখিবা
লংমাই অয়াওবা, শেল্লোই অথৌবশিংনা
তিমেন ঙানোয় চোং
থাড্লেন্ খেরা থাং
য়াইবী কলহৌ নিক্না
অচোং য়িমলেনবা ইবানয়াইবু
য়িমলেন শাইগং কোয়
মিকুপ নাহুম্ শেল্লিদো।
শেল্লোই ইপা-ইতোনশিং
লংমাই ইবুং-ইপ্পাশিংনা চেৎনা থাজৈ
পেতংঙা শংলৌ ইথৌবাঙনা
নুরা য়েল্লাং ইঙমদম অরোনবনা

লাইরেল্ থৱায় লিৎখিবনি।
অদুগা মসিমসু চেৎনা থাজে
কংলৈ মৈতৈ নিংথৌদি
ৱাশক ঙাকপা পীবানি।
ৱাঙ্গোল নিংথৌ লংমাই তেংনা য়িমগাবনা
পোইরৈ ফম্বাল হেক কাবগা,
লাইরেল্ মৈদিংঙুনা
লংমাই লমদম পাংলকতুনা
শেল্লোয় নাক্তা লাকতুনা
থিন্থদনা মশানৌ পেতংঙাবীবু লৌখৎলনি।
ৱাফম অসি তোল্লবী ঐসু
চেৎনা থাজবনিকো।
অদুবু, লাইবক থিবতা ইশকক ওইরবী
লাইবকথিবী লংমাই পেতংঙা ঐগী লাইবকফবনা
ঐগী ইবুংঙোনা মনাইনুবীবু কাওথোকপিখ্রে
অরেম্বদা কেম্লগদবা পুন্সি কয়া-কয়াগী
থৱায় য়াইবী কনবীরে।

য়োইবু য়োইহৈবী
লাইওইববী ইমা-ইন্দোলশিং
পোইরৈ ঐগী অহল- লমনশিং
মৈতৈ ঐগী ইবুং- ইপুৱাশিং
লাও লাকও-
ননিংথৌগী থৱায় কল্লকপী
লংমাইনুবী পেতংঙা ঙসিদি
কংলৈ য়োইকোন্নুংসিদা
ৱাইবা নশা হুইয়েল নরাল ওইররে
লাও, অচোং য়িমলেম্বা চনুগী
মিৎ হল্লো ৱাও
লংমায় নুবী পেতংঙানা

খোয়মা ইমায় ওন্ঙমলোই
য়ামজেং ইনম মুক্ঙমলোই।

অসি ব্বাদি হায়রদুনা লংমাইচনু
পেতংঙানা তনিক-তনিক্লা
পায়মা নুংওল- খোয়বু শাওনা ব্বাব্বোইখিয়ে।
মোংবা চৎলম- ফানসাং ইন্না
সনা সঙ্গাই চিংনা য়েংনা
তেংথাখিয়ে।
"লাইরেল ইবুংঙো
করি নোংবু কৌবনো
ইপাম শেল্লোয় চীংশাংদগী
লংমাইনুবী
পেতংঙানা
ঙাংলৌ খুয়া তম্না লাকলিয়ে
তুবী করি খোইনো কলক্য়ে।
মোমনু ঐনা কুমচা চাহৈ
লোইদাম থাশিং য়ামলে
ইনিংথৌদগী তৈনা কনাদসু
মিৎয়েং শানখৈ লৈতনা নোংহামলিবীনে।
লাইরেল ইবুংঙো তাবিয়ু
মোমনু নুজা ওইবীনা
মপাম- মঙ্দা তিন্নিংদে খংবীয়ু।
পায়মা নুংওল
নুংশি ইথক হৌনা তেংথাখিয়ে।

নোংপোক হাওশম তুংথাংনবী নুরাবী
মপল পুলাং কাইনি শেনবদা
নুরাগী লু কাইরেদো।
মপাম্ লম্দম থাদুনা

মাঙ্গা কাদা খোঙশাল্লকপী
লংমাই লিকলু লৌথিবী
পেতংঙা নুয়াম শাফাবী
নুরানা নম্ঙানরকপা
মপাম সেল্লোয় লমদমগী
সেল্লোই হাওমন নমপাকপা
তাংখুল পানবী নিংপাকপা
থাংয়ি চংইন অকুপ্পা
চোয়না- চোয়না চোয়জাইনরি
কংলৈ য়োইকোন্নুংগী লৈমায়দা।

## হাওনু সামন্নু সাফাবী

পোইরৈ মদাইমাদি
লমলেন হৈরোক্ অচনবারম
ৱাংজিং লোকচাওয়ি
চিপী লোক্লাওপুঙ্
থৌপী লোক্মাই হেন
সেনপী তরেৎ নমথৌ চীঙ্
হায়নরিবা লমদমনি শোন্নরিবা মায়গৈনি।

লহাননোংদা
নোংপোক হাওচেং নুরাবী
হাওনু সামননু সাফাবী
য়ামজেং কসা চাওবী
হেনবা নিংথি লময়ৌবীনা
মমান্মচা খুমন্ কাচেংখুবু
সাথিয়ে হায়না হুলানখিয়ে।
ইনখৎলক্পা মতমনি
খোইরাংনবা তাঞ্জানি
লকানুংগী ঈপাক চাংজৌদা
ঈচেল ঈথক ঈপোমলক্তা
চৎনিংবতা য়ৌবনি
ৱোইনিংবতা ৱোইবনি
অপাম নুংশিদা ঙাওরবী
উনবী পুক্লিং লৈখায় তাদ্রবী

তথক তথক্লিবী তনিক-তনিক্লিবী
হৌজিক্তদা মতম্ফনা
লৈকাফন্না শাৎচরিবী লৈরাংনি।

হাওনু সামন্নু সাফাবী
ফজবদা মপা তাম্বীনা
তরেৎ নমথৌ য়িদা
লাইজা ইপাল্লাং
য়িমুগী ময়োলশৎ
কনা উদে কনা লৈতে
সায়ি হুন্দুনা সান্তেংজৈ।
চুঙ্ ফিরাল চানা
মপুং মরৈ ফারবা
য়োইবু থবাক্ লিক্থোল্লম্
সেনগোই নিংগোইরম
সানোম ফান্দোংলম্
ফৈরা তালবুম নিংথিবা
নুরা মথন্না মিৎয়েং তোই
নুংওল খোইরাং-খোইশাওনরকই।
হৈনিদি হৈ লৈনিদি লৈ
হৈনি লৈনি পৎ হেক থৎফদবা
অপাম্ নুংশি মৈনা
নুরাদা খাম্বী মৈচুরক্লেদা।

য়োইমায়াই য়াইরেল সিতাপা
নুমিৎ সনা খোম্মাতোনদি
সাতু চীংলাই ঙান্না
থৌপী লোক্মায় হেন্না
নোংপোক্ মদাইমাদগী

য়োইমায়াইনা খিং খিং খেনগারক্পা
নোংপোক হাওসম্ নুরাপী
হাওনু সামননু সাফাবীনা উরুহৌদ্রে
চঙক্লনা, ইকাইথিবী নমথৌ য়িদা চোংথজে।
নুরা ওইবী সানৌনা ফজবসিদি
মথংলেন মাংদা ইকাইবমুক
ফজবা লৈতে হায়নৈদা।
ফজখ্রেদা নুরাবী
নুরা শক্কা হেনবনে
লাংজেং মথোক্কা কারকপনে
নমথৌ য়িনা পানবনে
কোরৌ মঙালনা লাবনে
চংশি শিরেদা নুরাবী।

লহান নুরাগী ফিশেংনোং
চেঙহী শম্লক্ খাই
বুতী শমখোং তেং
চকপা লইখুচাম্বা মীৎয়েংথোই
খুখা নামপী ব্রা সমচেৎ তোনালতোই
চারই য়াক্লা তৈনা
ঙাইখম্চঙম্য়ে মথঙ্লেনপু।
ক্যাং মোন্তুম মোনতেক্থক
লোকয়াই তাম্পা
সিনৌ লশিং তিনকুম য়াতাঙম্পী
নুরানা লনসাজবা মাঞ্জা সনা খুৎ
সমু মখুতোন নিংথিবনা
নান্না শিৎনা অহিংদো
লাইপক্ খেললাই থোংতা

সীঙ্‌লেন তোমথিন্ননা
খজাই লেংলোই চুপ
মশাপী মমান্ মচাবু
তোয়- তোয় তোয়্নজখিবা
নমথৌয়িদা মতোম তরক্ লৈরমলে।
য়োইমায়াই য়াইরেল তাউতনপতী
মতাং অমা হেন্‌খিরমলে।

ঙাইঙমদ্রবা কোরৌ নুমিৎ অমদি
য়োইমায়াইনা খেন্‌কারকপদা
হাওনু সামননু সাফাবীনা পাওথেম্‌লক্‌ই
"নোংপোক তৌরিং লইমচা লাওঅো
কোরৌ নোংমতংদা ওইরবসুঙ্
ইমান্ মচা শান্নাসে
পোৎথারো লাওঅো চৈরৈ ফিজংনুংদা
নিংথিরবা মোন্দুম মোনতেক থেন্না
তাওজিং হৈরাং অহাওবাতা অমুনবাতা খন্না
থুমলাং ময়োন শৎনা থমজরে
লুরবা নমথৌ লাইজাসু লৈজরে"
"খ্বাইদগী হেনবী নিংথিরবী
মপুং মরৈ ফারবী
উবদদা খংপ্রেক খংনা ঙৌরবী"
ইখৌ লাংজরিবীসিগী থম্মোইবু পেলহনবীয়ু।

" হোইদা নিংথিবী
নংগুম্না ফজবী অমা থেংনদ্রিদা
ঙসিদি থেংনরেদনা শক্‌হেন্‌বী।"
খজাই লেংওন নান্দুনা
নুরাগী নিংবা থুংহনলোলাও।

নিংঙোলবু খোইরাংনহল্লিবা
পুক্লিং হুরবা সাফাবা
খেন্নবা লৈতেদা অনিংবদা
অপাম্বদা ঐখোয়নিগী
নুরা ওইবীনা পামজৈ
মতিক্ লৈবা তনবা নংবু
অদুগা উবিরিবা নৎত্রা
নোইপেল্লবা থোৎনা লংলবা
নুরাগী হকচাং কয়াৎসিংসে, চিৎথদনা।
হরাও নুংঙাইবনা থুমহৎলবা মিকুপসিদা
হাইফম খংদবা, ফংঙমদ্রবা
লাইরৈবাক্কী ওইবা শীংলেন লৈরাং
খুজোক খুজোক চায়দুনা
তনবা নুরা অনী
তোয়নসি লাও ফিজংনুংদা।
ঐঙোন্দা লৈত্রে ইকাইবা হঙ্গোইবা
অকি-তুজুংবা, নংতবুনি লোইননিংলিবা
হৌজিকপু কৈদৌরুনি অমুক থুপলুদুনা
লোয়নমক য়েংথোকপিখ্রবা, উবিখ্রবা নংঙোন্দা।

লাকঅো লাকঅো
হে মৈশাপুম্বগী মপু ওইবা
চাকথেল্লরো, হান্না চাক্কুনা লৈরবী ঐবু
মখাক্ থমদনা।
চোকথবগীসু ব্রাবিরুনুদা
অমুনবা হৈরাং থমজরে
খোইথুম্না লাইজাসু লৈজরে
চিনপাল মোমোন নোক্না
য়াওব্রা খোনচেল চাওনা

হোইয়াবিরোদা
মোমনু পাইমা পীপুক্ হুরিঙইনিদা।

নুরানা পান্দম্বা তাইরোন্ননা
পাওহম্লকই, নুমিৎ সনা খোম্মাতোন্না
"হাওনু সামন্নু হায়বী
মাই কদৌনগানো নংবু
শীংলেন নংদি চিন্নমন্নে
লৈরাং নংদি থেৎনখাকনে।"

হাওনু সামন্নু সাফাবী
হুয়াই শেনকোইখিবনা
শমখোং চারল য়িহৌরকই
মালং চৈরোইনবী
শীংলেন লৈরাং পাংখক্লা
খোইশাওননা হেকঙাই মপাওচাও
নোকতুম নোক্লা পাওমেল্লকই
"ঙায়খোঅো, হো নোংপোক্লমদগী হৌরকপা
চকপা মানবা মাইপাকপা
ঙৌরিনী হায়দুনা তাইফেৎ হেকতাই
য়েংঙমদরেনে ইবুংঙো
নারক্তা ঙানবা, লোক্তাইগী শকহেনবা
নুরাগী পুক্লিং অরেপ্পবু
করি' থোইনা খঙ্বীদবনো কলক্এ।"

হাওনু সামন্নু সাফাবী
ইকাই শেনকোই হক্মন্নাকী
নমু পোংপু ম্লোইঙম্লরোই হায়না
মালেম লইতা তানা নোংমনখিয়ে।
নুরা তাঙ্চা মশমতোন্না

পামেল মরা ব্রোই
নুরা সমু মহক্সাংনা
পামেল উদি উথুম ঙারৌবী
তলা উদি উ কারোংবী
ওইনা হৌখিদো।
মোম্‌নু ফৈরা তানপুমলক
নুমিৎ মঙাল আরাপাপু
থংলেন ব্রানুংশি ব্রোইনা লান্নাসনো
নুরাগী সমু খোঙ্‌ ২মা খান্না
য়োইমায়াই নংবু ঙায়খিরমগে
হায়না শিংনখিয়ে নুরানা।
হাওনু সামননু সাফাবী
লম্‌লেন তরেৎ নমথৌচীঙ্‌
হায়নরিবা লমদমনি
শোন্নরিবা মায়গৈনি।

## চেক্লা পাওজেল্

ওলাংথানা লাক্পসিদা
হাওরৈ নোংপোক্লা পাংবা লমদগী
পোম্বী শাখপ তোয়
চেক্লা য়োমদম পায়
হা পোম্বী চাক্তা থিররিবা চেক্
কবো সোংগ্রি লৌঙাকপিনা ওইখি চেক
তাইবঙ্ মীরোল থোকপা চেক
ৱাংলেন মিৎকুপ খরদংদদি ঙাইবিখো অো
হা চেক্লা নুংশি য়াৱা' পুকমেন্নখিসি
পাম্মু য়াৱা' পোম্বী পাওমেন্নখিসি।

নুংশিজখিবা, সেনবী-কবোদা লৈখ্রবা
পল্হৌ মদম মানবা ইপা-ইতোনশিং
পলেম মদম মানবী ইনে ইন্দোনশিং
নুংশিরবা ইচে-ইচল, ইচিন-ইনাওশিং
পিক্লিবা অঙাং নৱাশিং
শেৎনা খাইনা কুইরক্লবা
মীরোল কয়া তাম্লরক্লবা
মৈতৈ ঐগী ইয়েল্লুশিং
পোইরৈ ঐগী ইপাইচাশিং
হা চেক্লা চেংলৌ শকউনদ্রবশিংদুগী
মপাও তাজনিংবনা ইখৌলাং
ৱাংলেন মিৎকুপ খরদংদদি ঙাইবিখো অো
নুংশি মপাও তম্বীরমউ।

শজিবু চৈরাওবা চহী হৌবা
য়ুমথোং লেংনা তাইবঙ্ মপুদা
কুমগী অনৌ অপেন কত্তুনা
অনৌবা কুমওন্না লাকপদা
অফা-নুংঙাই থৌনিজবা
তরাগী মথেল্ লাঙ্দুনা
য়ৈখাই থিনগাইবা থোকহনবীনু
কোন্থোং খুদিং থাদোকপা
সেনবী কবো লমদমদা
চহী হৌবা চৈরাওরিব্রনে
পোইরৈ ইপা ইচাশিংদুবু!

য়ুম্নাক শাগৈ হোংখ্রবী
য়ুম-পান্খ্রবী নিংঙোলনা
মপা-মতোন, মবুং মপুৰাগী
ঙমজবা খরদং লাংদুনা
উরিক-লুগুন অহনবা পুদুনা
মপাম লমদম পাঙ্লক্পা
অনৌবা চহীনা লাক্পদা
পুন্সি নুংশাং নিজবা
সেনবী কবো লমদমদবু
চৎন- লোনচৎসি লৈবিবরনে?

হাদ চেক্লা নুংশিবী
চেক্লা শাখপ তোয়বনিনা
কবো লমদা লৈখ্রবী
চোইনা চোইনা তারিবা
চনুরা নিংঙোল ওইবীশিংদা
অফ-নুংঙাইসে পীজরি পাউদম্পীরমউ।

"পুন্সি নুংশাংনা পান্দুনা
লাইগুরুগী সেবা মতোল্ লোম্মুকো"

হাদ চেক্লা নুংশিগী
কালেন লাই চরাওবদা
উমং লাইগী লাইপুঙ্দা
নহা-অহল খাক্তনা
খুঞ্জাওনবা লৈচাওনবা
লাইগীশিংদা চনখ্রবা
অপোকপী-অপোকপদা থৌনিজবা।
কুইরক্লবা তাম্নখ্রবা
মৈতৈ ঐগী ইমা ইন্দোলসিং
পোইরৈ ঐগী ইচে-ইচলশিং
ফিগে ফনেক্ ময়েক্ নাইবা
চাংখ্রং তাবী ইনফি
থেক-কা-থেক নৌগা-নৌ
ইং তপ্না লেম্জবনা হেনবা
খুৎতা মিৎ পুবা
মৈতৈ জগোয় নিংশিংলিব্রা?
থারুক অশৈবা পেনা নুংওলবা
শারিক চোমজাও পাইবী
অমাইবা-অমাইবী লোয়ননা
অঙৌবা পেজাও খন্দুনা
থাকন কাইজাও খান্দুনা
লাক্লিংবদি ইখৌলাং
কংলৈচা লিশিং লিশিংনা
চেক্লা পাউজেঞ্জরক্ই তন্থীয়ুকো।

ইঙেল থানা লাক্‌পদা
রথ যাত্রা কাংচিংবা
জয় জগনাথ প্রভু জগনাথ
মুগা ফিশেং শেক্তুনা
য়ুম্লুরেলবী য়োইহৈবী
থোঙ্গাল খুদিং হৈরুক ওকপা
কাংগী থৌরি অমুক্তং শোকচহৌরবদি
পাপ্ কোক্‌ই থাজনরিবা,
নুমিদাংগী মতমদা
লৈকাই লৈকাইগী মান্দপ্তা
তাধিন তেন তা চালি শাদুনা
কাংগী জয়দেব চোংলিবা
খেচ্রিগী মথেল খুল্লিবা
ইঙেল কাংচিংবা নিংশিংলিব্রা?

মীরোল অমগী মথংদা মীরোল
মীরোল কয়ানা নন্‌শিনখ্রবা
তোপ- তোপ্পা মৈতৈগী
হৌনা-লোনচৎ নুংশিবা
পোকপদা নচা লৌগেরা
য়াংকোক লৌগেরা ইপান্থাবা
শিরগা, চীংঙু নোংথৌ
সরারেলদা, কাসা পাওতাকপা।

ইরোল- মরোল তিন্নদ্রবা
পাক্-চাওখ্রবা লমদমদুদা
হিংদবদি য়াদা করম্না
য়াল্লিবা চৎনা লীতোন।

নিংঙোলশিংগী নিংঙোল চাক্‌কৌবা
য়াওশং থাবল চোংবা
কুমহৈগী লোইবা নাইদ্রবা
মৈত্রবাক্কী হরাও- কুমহৈ মতমদা
নিংশিং নিংশিংলুরগা
করম তৌরিদগে ঋাজেদো।
নপাম্ লম্‌দম্ নুংশিবা
তান্ন-তান্ন হেন্না নুংশিবা
মৈত্রবাকপু নিংশিংদ্রবরা
হংজরকই তস্বীয়ুকো।

হাদা চেক্লা নুংশিবী
চেক্লা নখোয়না নপাম
সেনবী কবো লমদমদা হনখিবদা
কংলৈ মৈতৈ লৈবাক্কী
নুংশিবা মপাও পুবিখো
অৱা-নুংঙাই পুস্সিদা
নিংশিংলকই তস্বীয়ু।

নপাম্ লমদম য়ৌরগা
মৈতৈনা তাবা লমদম
মন্দলেগী অকোয়বদা
কোয়না কোয়না পায়দুনা
নুংশিবা মপাওসি য়েনবীরম্মু।
মণিগী খনি লৈবা
মোগোক লমদম য়ৌরমউ
কথেনা কুংনা তাবা
মোলাই লমদম য়ৌরগা
চেক্লা তেৎ তেৎ খোংদুনা
চিৎথদনা পাউদস্বীয়ুকো।

চেক্লা শাখপ তোয়না পায়
মৈতৈনা নিংথি কৌনবা
ইরাবতী তুখুল য়ৌরমউ।
অৱাগী লাইফম্ অথোইবা
মীনা চিক্লা- চাইনা ঙমদবা
কুমুদা পেগোদা য়ৌরমউ।
কুমুদা পেগোদাগী হোজংদা
সনানা হাজং য়ৈবা
রবী মণিনা থাম্বা
নোংশা মুর্ত্তি
নাক- য়েৎ খিনবদু উরগা
করিগুম্বদা, ইরৈচা কথেশিংগী
থম্মোয়দা পুক্লিং নুংশিবা ফাওরবদি
হায়বিয়ু চেক্লা নংনা
নুংশিরবা ইপাইচাশিংদা
মৈত্রবাক্কী কংলা য়োইকোন্নুং
উত্রা মাংদা নাক- য়েৎ শাবা
চিরেল-লাংয়েল হাপ্পা
নোংশা মুর্ত্তি, কংলা শা
ইংরেজ লানমাংবদা
নোংমৈ হিদাক্ চনদুনা
উফুল তানা থুগাইখিবদো
ঙসিদি, নৌনা অমুক শাগৎলে, নিংথিরে,
ভারতকি সিফাইনা খোংনেৎনরম্বা
শেংলবা কংলা লাইফমলেন
মীয়ামদা অমুক শিন্নরমলে,
অতৎ অখম লৈতনা মীয়াম্না
মনিং তম্না হৈকৎ লৈকৎতম্নরি।

হাদ চেক্লা নুংশিবী
কুম্জা খুদিং লেপ্তুনা পায়রক্উ
চেক্লা মায়গৈ য়েংদুনা ঙায়রমগে
নুংশিবা মপাও ভঙ্গীরো
নুংশিবা মপাও পুবিখো।

"কুইরক্লেদা তৎনখিবা
নিংশিংবনা পুরক্পা
মিৎকি পীরাং মরিক্লা
ঈগী খোঙ্গুল লীরকলী
হৌরকলিবা নহাগী লোন্না
অঙৌবা ফিজোল শেত্তুনা
নিংথি তর্পন লাকপদা
নিংথি ব্রাংমদা ঙায়রমউ
খজাই লেংলোই নানদুনা
মিৎলু পীরাং ইহৌনা
ইমা অমত্তগী মচাশিং
চেংলৌ শকখঙ্নসিকো।"

# নোংচুপ থোঙ্

হে চৎনখিদ্রবা চীং লম্বী, তোংজৈ মরীল
নোংচুপ থোঙ্ ওইবা, ঙাপ্রুম চীংজেল
কোলোয় নমিংথোলগা চানবা
পোইরৈ' তিক্ ঙলগা চুনবা
নহাক্ অমুক হিঙ্গৎলক্খোদা!
মঙ্লান কয়াগী ৱারীনা নিল্লবা
সনানা ইঙ্গ্রি শিংপা নোংচুপ থোঙ্
ৱোইখো নঙ্ মতম্ পুম্বগী!

য়েলহৌঙৈ, লৈশেম্ খুনশেম্ঙৈ
খমলাংপানা, তেৎনৌ য়োৎপোকপা লম্তাল্লুবদা
জিরিদগী ঙাপ্রুম চীংশাদা শম
লুৱাং মকুবী চীং নমদা হুন
তাইরেলপোকপী ফয়েং লমশাং ইন
তাওথোং-তা, লাঙ্গোল চীংমই ওইবা
ইরোইশেম্ লান, ৱায়থুংলখি হায়
উরিপোক খোংশায়াল।

খোংফম'তা শোয়য়াদ্রবা
নাল্লবা লোকচপ্ ঙাপ্রুম্ চীংজেল
খুরবা চীংলম্বী তোংজৈ মরীল
ঙল্লবা ৱাংলবা চীংশাং পরেং
চাওথোই ৱাংথোইরবা উপালগী উমং
মল্লবা ৱাপালগী মোংশোং
থৌদু থৌপী চেংজা নুংগাই

তিংখং থাঙ্গম শৌ, অহাঙ্বা খোঙ্
ইপা-ইপু অয়াং অথৌ
নিংথৌরোল কয়া মীরোল কয়া
ময়াং লান্নাবা পাশা লোয়চনবা
পুক্লিং হক্চাং হক্লা লুপ্লা
অচেৎপা ব্রাশক পরেনা
কাখৎপসু ঙম্বা কুম্থবসু ঙম্বা
খুরবা তোংজৈ মরিল
নাল্লবা ঙাপ্রুম চীংজেল
নোংজুদা নুংশাদা
অহিংদা নুংথিলদা
ঈরৈ কল্লবা লোকতাই চীপী
তুরেল কয়া নিলখিবনি
শারাও-লাল্লাওনা।

থাঙ্ তা চুঙ্ চুঙ্গোই
লীরুং তেন অরাম্বাই তেন্দোং
খুৎজু খুৎলাই মশিং শুনা
ব্রাংলেন পুংজাও থিন্না
তরেৎ শেনফাং য়ৈনা
শরিক খিংনা মোইবুং থিংকাম্না
অকন্ অথৌগী ফিজেত্তা
শাফী-লানফী শেত্তুনা
চৎখিবা লাম্মী তেঙ্গোলগী খোঙ্থাং
ফাওখিবনি নহাকসু থম্মোয়গী মিহুল!
হে চৎনখিদ্রবা চীংলম্বী তোংজৈ মরীল
নোংচুপ থোঙ্ ওইবা ঙাপ্রুম চীংজেল!
নিংথৌনা করি পাম্মী
পাক্চাওরবা লৈবাক্কী মপু ওইবা

লৈবাক মীয়াম্না করি পাম্মী
কনথৌরবা মতীক লৈবা নিংথৌ
লৈবাক নিংথৌ অনী তুনা চৎলিঙৈ
হায়না হুম্না পাল্লম্বনিকো মণিপুর!
মঙ্লান কয়াগী ব্বারীনা নিল্লবা
সনানা ইঙ্গ্নি শিৎপা নোংচুপ থোঙ্
ব্বোইখো নঙ্ মতম্ পুম্বগী!

মতম অমগী য়োইকোনুং
নুংশিদা লমলাংতোং!
লম্লাংতোং কৈথেল অচৌবা
লুবাকপুবী লুকমায়থাবী
তমগী পোৎঙাইবী পোৎ য়োনবীশিং
নুমিদাং য়ৌনা নিনখিবনি।
কৈথেলগী মীনিন্ তোপ- তোপ্পা মীনিন্নি
য়ান-য়ানবা লৈবা য়োনবগী
অতোপ্পগী তারুদে মনাদা হাপতে
অপেন্বগী অপেনবা ঙাক্তনি
ওইজবনি নাকন্ অনীমক্।

লম্লাংতোং কৈথেল অচৌবদা
থোংজাওরোক্ তুরেল লাল্লগা
নোংশিৎলমদগী লাকপা
লাইমতোন চীংদগী কুমথরক্পা
লেংকোৎ পোলাং পুবা
হাওসম্ লেংঙানবা চীংমীশিংনা
চীংগী পোৎথোক হৈ-লা য়েন
ওন্নখিবনি হিংবদা চঙ্বা পোৎলমশিং
তিকখিবনি ঙা থুম ফি।

খুন খুন্দগী থোরকপদা
উচান শীংচেপ মৈরা পায়
অহিংগী অরোয়বদা তু-উদ্রিঙৈ হৌদুনা
হোই লাওদুনা ঙাইনদুনা
লাক্খিবনি পোৎলুম-পু।
শাংলবা চীংলম্বীদা চোক্থরবদা
পোৎথাখিবনি য়োংয়াংতেক্
চয়োম থোক্লুনা চরা ৱানফম।
হনখিবদসু ৱারী-ৱাতাইনা নিন্দুনা
ৱারুবা পুন্বা কাও
করি ফংলকলে কয়াম পুরক্লে
উচান শীংচেপ মৈরা পায়
অহিংগী অহৌবদা থুংনখিবনি
খুন-খুনগী খুনথোংদা।

শুবা নোম্বা কনবা
হুমাংমন্না হিংবা
পাঙ্গল থৌনাদা থাজবা থম্বা
নুংশি-চান্নবা নিংতম্বা পামজবা মীরোল
লিংজেল খাবশিংগী খোঙ্থাং
ফাওখিবনি নহাকসু থম্মোয়গী মিহুল।

লাইমতোন্ চিংদোন লোমফাৎত্রিঙৈ
হন্না অমুক্তং য়েংলুবদা
পুক্লিংদা ফাওগনি হাইফম খঙ্দবা
খোইরাংনবা নুংশিবা
তম্পাক্লম্ উবা অরোয়বা মিৎয়েংনি।
লাইমতোন ফৌরুংবদগী কুমথবনা
অৱাং নোংচুপ পাংনা
খৌপুম খুঞ্জাও নাতৈনা

ইচেল কনবা ইরং মরু
কাখৎলগা নুংবা চীং
ইচেল কনবা লাইরৌ তুরেল
কুম্থরগা বরাক তুরেল
অৱাং খুন খুঞ্জাও
কৈমাই মথঙ্দা ওইনামলোং
খুন-তাবা চীং খুন তাদবা চীং
চীং ঙাক্তগী লম্বীনি
লোক্- তাই তুরেলনা কয়া কয়ানি
থ্বাই তুরেল মক্রু তুরেল
জিরি গোলাথোন
জিরি তুরেল লাম্লগদি ময়াং ফংলে।

চীংদা মান্দা শা-কৈ
নারক্তা মোংশোংদা লিল্- কাও
খুদোংথিবনি থানদে ইপা ইপুশিংনা।
হে চৎখিদ্রবা চীং লম্বী তোংজৈ মরীল
নোংচুপ থোঙ্ ওইবা ঙাপ্রুম চীংজেল
নহাকপু নিংশিংলুবনি
ইরোল ইরান তাক্লবা
নিংতম্বগী মহাও মাঙ্খ্রবা
ঙসিগী মীরোলসিগী।

# সুগনু ইৰানবা
# সুগনু লোইথাবা

হয়া হে হে

থাৰৈ মরমখৈতা
সুগনু ইৰানবা
সুগনু লোইদা থাববু
হেপলি মপাথি
লংসুং চিদায় সম্না
তেংনা থাজরক্কে।
পোইবৈ পুংখাঙ্ নিকতা
ৰাংঙম তোৎনৌ চিদাই নাইদা
লমপু তুপু লেংনা তিন্না
মৈদিংঙু, ফমমোই মিত্তা ফম্
ফল্লাং মৈতোংঙৈগীবু
তুবেল অচৌবা ইৰাইনা
তোবৈ নমসাং ইননা
হিযাং হিরেল শিদুনা
সুগনু ইশোক্পাবু লৈয়ে
খুন্নুংনা ইশোক্পাবু, ইৰানবা-অ তৌনা কৌএ।

তৌইগুম, হিকুমপাসুঙ্ হিকাপাসুঙ্
থোংলেন্ তিংপীখাদা হিবিৎফাদেয়ে
ইরাৎ থৌনি ৰানে।
সুগনু লোইথাবা হায়না

খুন্নুং চৈরোক ৱাঙম্ কুচুৱাবু লৈয়ে।
হাওরৈ খানা পাংবা
থারৈ মরমখৈ
খাইথোঙ্ সিরমলেন
সৱা লমদাংসাং
খমনুং ৱাইচৎলম্
সৱা পোংচৎলম্
নমু সিংগুম্লমবু
হাওচোং পলচোংঙমদে
ৱানচেং সৌরানদে
লেমলৈ লুরিৎতে।

মৈদিংঙু মদাইবেম অবাঙ্বা
অথৌ লিচা হেপ্পা
লাংগোই খোঙ্ওইনবা
মচেঙ্ কাইরৈ য়েনহোইবোইসিংদা
থৌসিববু লৈবাক থৌগাই পুইয়ে।

লৈবাক নিংথৌকা
মীরন চোইসাবা
সাইগং লৈহনবা
নমু লিংজেন চুমদবসিংবু
মরাল মতিক থোক্
সমু তুংবুন্না
পরৈ লানগা সা
সুগনু তান্না হোইথায়ে।
সগোল পাওনা হানগনি
লৈশংখোংনা লোইকোক্নি
ৱাঙ্গোই হন্জবনা অহানবা পরৈ লৈগনি।

ৱাংজিংদো, লমদিংদো. লাংঙথেনদো.
থোংজাওদো, ৱাইখোংদো, ৱাইরিদো.
মহৌদো, তোনসেনদো, চাইরেনদো.
নুংঙুদো, মথং-মথং পয়া পরে লৈরক্পনা
সুগনু হন্জবা মকাইকম্দা থুংলবগা
হন্জবনা তরানিথোইসুবা পরে লৈগনি।
তরানিথোইসুবা পরে লৈরবগা
মৈদিংঙু মদাইরেম অয়াঙবনা
খুবাক্ তিল্লাইমেন্
খোক্লাং নাকা ফংনা লুতুরবগী
নমু লিংজেন চুমদবদো
লৈখা কোমপুংতা ওন্থা
যতিগী পোললিংখিয়ে।
তৌইশুম
পোনচেম লাইচম খনবা
পোনগী পোন্দাইনুংগী
লাংলেন কোংয়াং ৱারিংপসুঙ্ মরেয়ে।
সুগনু হনজবা মখুংথোক্
অরোয়বা পয়া পবেনাদ্রিঙৈ
খবং হাইনুচেক্ কুম
নায়েনবী, হন্জবী মতুনা
চবৈ মফি-ফনেক্না হেক্ কুপ্লগা
নবেন্থৌনা কল্লে
খৈরে, ৱাপা থিনাদে।

হয়ুম-হলুম




লিখুল ফংজবা:- নিংথৌখোংজম খেমচন্দ্র সিংহ

6/8/12

